# বাহৌদোক

ড্রামা জগৎকী মৈহৌরোন থিবা অরাইবা নত্তে অদুগা থিবস্নু কংদ্রি। অদুমদি ওইরগা, য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা, গ্রীস্‌কী, খরা শেংনা হায়রবদা, এথেন্সতা ড্রামা ইদুনা থিয়েটর শাম্নরকপা অসি হৎ-নরকলে হায়বা 'সিমদি হায়মনবা থোকলোয়। চহিগী পর্ব্বদিন তারকপা মতমদা এথেন্সতা থিয়েটর তঙঙারফদনা শান্নে। অমুক অমুক শাম্ন-বদা এথেন্স সহরদা লৈবা মী-শিংত নত্তুনা অকোয়বদা লৈবা লৈপাক-শিংগী মী কয়া অমস্নু লাক্লুনা চাওরাক্লা ভাবুক লিশিং ১৭ রোমনা পুন্না য়েংলম্মী ঋতু-ঋতুগী ওইনা তারকপা পর্ব্বদিনশিংগী মনুংদ', বসন্তগী মতমদা তাবা পর্ব্বদিননা মগুণ লৈবা হেল্লি, চাওবা হেল্লি; অদুগা মতম অসিগী থিয়েটরস্নু।

হায়রিবা থোদোকশিং অসিদা শাম্নগদবা লীলাশিং—সমালো-চনাগী মিৎয়েং পুবা ভাবুক ঙাক্তা ওইবা মরমনা—কাবক কাবকপা ওইবা য়াদে। চাং-তাম্নবগী মওংদা শাম্নবা ঙাকনি। শাম্নগদবা ড্রামা লাইরিকশিং, থওইনা হাপ্লবা মীওইশিংনা হাম্ননা য়াই য়াদে হায়না য়েং-লবা তুংদা, শাম্নবদা মতিক চারে হায়না খল্লি। অদুগা লীলাশিং অদু তশেংনা শাম্নবা মতমদা—ভাবুকশিংগী রিএক্সননা খরমখৈ চংলবস্নু—থওইনা হাপ্লবা জজ কাংবু অমনা লীলাগী মগুণ লেপ্পী মনা-মথুম পি।

লীলা শাম্নবা য়াই-য়াদে লেপ্পবা, অমরোমদা হায়রগা চাং তাম্নবা য়াওগে হায়বগীদমক্তা পিশ্বৎলকপা লীলাগী লাইরিক, অমক্তনা য়াদে মরি-মরিনা খুজিং ওইরম্মী। মসিগীদমক্তা অইবা অমনা; অরা-পোৎ লোয়নবা লীলা ( tregedy ) ৩—তোঙান তোঙানবা রারীগী নক্লগা মরী লৈনবা রারী অমগী তোঙান তোঙানবা শরুক্তা—অমস্নুং কাঁগী

ফরাংগী ওইবা লীলা ১ পুম্না লীলা মরি থাগৎপা তাই। লীলাশিংগী রাগী অয়াম্বা লাই তীনগী ওইবা রাগীনা নম্না তৌরম্মী, অদুবু সমাজীকী ওইবা ইথিল কয়া অমসু তপ্না-তপ্না, মতমগী য়াওন মতুংইন্না চংলকখি। মরম অসিদগী সোফোক্লেজগী মতমগী গ্রীকী লীলাশিং ; ( mythology) হায়বদি লাই-তীন ( ? ) গী, অরা পোৎলোইনবা ( tregedy ) ঙাক্তা ওইনা তৌরম্মী।

খম্নরিবা মতম অসিগী গ্রীসকী লাইরিক ইবশিংদি ইতিহাস ইবা হেরোডেটস ( Herodotus ) অমসুং থ্যুসিডাইজ ( Thucydides ) নত্তনা, অরা পোলোইনবা ( tregedy ) লীলা ইবা এসকেলস ( Aeschylus ), ইউরিপিডেজ ( Euripides ) সোফোক্লেজ ( Sophocles ) অমসুং নুঙঙায়বনা পোলোইনবা ( comedy ) ইবা এরিসটোফেনেজ ( Aristophanes ) নি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা অরা পোলোইনবা ( tregedy ) ইবা সোফোক্লেজগী মমিং মুৎনাইবা লৈতনা লৈরি হৌজিক ফাওবা। মাগী লাইরিক, 'নিংথৌ ঈডিপস' ড্রামা তম্নবগী য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক অমা ওইদুনা লৈরি, লৈখিগনি।

গ্রীস লৈবাক্কী মনুংচম্না লৈবা এথেন্স ( Athense ) দা পোকপা সোফোক্লেজ ( Sophocles) খৃষ্টমাং ৪৯৯ দা পোকখি অদুগা চহি ৯০, মহৈ য়াম্লবা পুন্সি অমা লেল্লবা মতুং, খৃষ্টমাং ৪০৯ দা নোঙ্গাখি। অফ নুঙঙায় কোন্দা পোক্নুনা হকচাং অমসুং রাথলগী শিক্ষা অনিতুনা ফজনা ফংল্লবা তুংদা কলাগী লমদম নত্তনা লৈপাক্কী মশক থোকপা থৌ কয়া পুখি অমসুং লৈপাক মীয়াম্না ইকায় খুম্নফম ওইবা অমসুং নুংশিজবা অহল অমা ওইনা পুন্সি লেনখি।

সোফোক্লেজনা ইবা লাইরিক ১২৫ ( Home Library Encyclopedia ) নত্রগা ১৩০ ( The book of knowledge ) ইখি। অদুগা ড্রামা চাং তাম্নবদা হৌজ ২০ লক্তা মকোকথংবা মনা ফংখি। লাই-

রিকশিং অসিগী মনুংদা তরেৎথক নত্তনা অতৈদি থিবা ঙমল্লে। লাই-রিক তরেৎ অদুদি Antigone, Electra, Trachiniae, Œdipus Tyrannus, Ajax, Philoctetes অমসুং Œdipus at Coloneus হায়বা অসিনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা। Antigone খৃঃ মাং ৪৪২-৪৪১) ; নিংথৌ ঈডিপস্ (King Oedipus খৃঃ মাং ৪২৯-৪২০) Œdipus at Coloneus (খৃঃ মাং ৪০১ অমসুং মানা শিন্নবা তু' হায়বা লাইরিক অহুম অসিনা খ্বাইদগী মগুণ লৈবা অমসুং মনম চৎপা হেল্লি। ন্নারী পরিংদা য়েংলগদি Œdipus না হাল্লগা Antigone না কোল্লি অদুবু পিথিবা চহিশিং অসিগী মতুংইন্নদি অকোনবা লাইরিক Antigone না হান্না ইখি—অঙকপা খুৎইনি। মাগী খুৎইগী style সু Flash-back নি। মসিগী অরাবা খুদম, পাবীরিবশিংগী খুত্তা লাম্হোকচরিবা লাইরিক King Œdipus না ওইরি। লাইরিক অসিগী মহাও অমসুং মনম চহি লিশিং অনি চামরি হেল্লবা ফাওবা কোক্তি ; মালং শহুম খুদিংগী অতৎ অথম্ লৈতনা শন্দোকলি।

লাইরিক অসিবু অহানবা থেংনবমক্তদা, মুংশিজমনগ্রদুনা ইমা-লোন্দা হন্দোকচনবা হোৎনজবগী মতাংদা, গ্রীক লোলমক্কী লাইরিক অদুমক্তি মনাক চংবদি লাইরদুনা, লাপ্না মনম ফাওবা লৌবা ঙমজদে, ঙমসু ঙমলরোয়। অদুনা ঐনা হন্দোকচবা লাইরিক অসিদি Mr. E. F. Watling না ইথোকপা (?) THE THEBAN PLAYS হায়বা লাইরিক অদুদা য়াওবা 'King Œdipus' হায়বা অদুদগীনি। অসি-গুম্বা Sophocles গী মগুণ লৈরবা অদুগা গ্রীক মরোন্দসু ইবা লাইরিক অমবু, পৃথিবীগী চাওরবা লোলশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা ইংরে-জীদা হন্দোকপগী মতাংদা থেংনবা খুদোংচাদবা অদু Mr. Watling না মাগী লাইরিক্কী বাহোদোক্তা Dr. J.T. Sheppard গী বাহৈ, "Hard to annalyse, impossible to translate Sophocles language at its best." হায়বসি পুদুনা ফোংদোকই। Sophocles কী মতম-

দা চৎনরম্বা সমাজগী চৎনবী রুচী, অদুগা ধর্ম্মগী থাজনবী কয়া অসি হৌজিক্কী মতমগী ইংরেজী রাহৈনা ফোংদোকপা য়াদে হায়না Mr. E. F. Watling না মাগী লাইরিক্কী রাহৌদোক্তা ফজনা ইরি। খুদম ওইনা হায়রবদা Thebes পু লৈবাক অমা ওইনা, Oedipus পু নিংথৌ অমা ওইনা, অদুগা Zeus পু লাই ওইনা লৌবা য়াবা ইংরেজীগী চৎনরোন রাহৈদা হন্দোকপা য়াদে হায়না মহাক্না পল্লি অদুম হায়না Sophocles কী ফাওরবা লাইরিক্কী ইংরেজী অনুবাদতগী, অমুক হৈমারোন মণিপুরীদা হন্দোক্নে হায়না লাৱজবা মীমাং থোক্লিংঙায় ওই, অকিবা অমসু ফাওজে। অদুবু চহি য়ামল-য়ামলগা মগুণ হেনগৎলকপা, সাহিত্য, মরুওইনা ড্রামা জগৎতা, ধ্রুবতারাগুম্ মুৎনাইদ্রবা নিংথৌ ঈডিপস্ কৌবা Sophocles গী কলমগী পোথোক্কী মহাও, ইমারোনগী শেম্পাক্তা হাপ্পুনা, ময়ামদা ফংহন্নিংবা অনুবাদক্কী লম্নাই পামজবনি। হোৎনজবা অসিদা মহৈ য়ান্দবা মতাং করিগুম্বা থোকলবা মদু অনুবাদক্কী অশোনবনি, মরাম্নি—লাইরিক্কী নত্রগা ইংরেজী অনুবাদক্কীদি নত্তে।

লাইরিক অসিবু হন্দোক্লবগী মতাংদা, মণিপুর সরকারগী Departmental Drama Unit কী Producer শ্রীকহ্নাইলাল সিংহনা য়াম্না চাওবা কাওঙমদ্রবা ইথীল অমা পিনবীখি। মাগী থৌইনশীন করিগুম্বা ফংজরমদ্রবা, লাইরিক অসি মণিপুরীদা নুমিৎ-থা উরমলোই ; অদুগা কলাক্ষেত্র মণিপুরনা ইহান হান্না লীলা অসিবু মণিপুরী লোন্দা শান্নবা ওইথোকলমলোয়। মহাক্তসু নত্তনা লাইরিক অসি থোক্লবা হোৎনবদা ঐবু থৌগৎপিখিবা শিংথাবা ঙমদ্রবা মরুপ-মপাং, থংন-চান্নবাশিংগী মফমদা তৌবীমল থংবা উচ্চরি।

লাইরিক অসি পুথোকনবা হোৎনবদা শেলগী তেংবাং পিনবীরকপা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী কর্তৃপক্ষ, মরুওইনা সেক্রেটারীগী শিঙঙমদ্রবা লম্মন তোনশিজরে।

লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনবদা অন্না-অনা থিবিদনা, মশামক্কী ওইনা, অচোবা থৌদাং লৌবিখিবা Friends' Union Press কী কর্ম্মচারীশিং, মরুওইনা সর্ব্বশ্রী কোইজম অচৌবী সিংহ অমস্তুং মাইবম চন্দ্রহাস সিংহ ইন্নাম্বা অনিগী মকমদা নোল্লুকচৈ।

লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপগী থৌদাং য়াবিখিবা মণিপুর আর্ট কোলেজগী শ্রীগুরুময়ুম ব্রজমণি শর্ম্মা অমস্তুং শ্রীঅরাম্বম অচৌবা সিংহ অনিবু কাওরম্বা থোক্লবস্তু ভাকপিফম থোকতবা ইরাল লংশিঙ্গবা নত্তনা অতৈ করিস্তু ওইরোয়।

পাবীরিবশিংনা লাইরিক অসিগী অশোয়-অঙাম থেংনবা পুম্বা মুং-শিবীদুনা তাকপিরকলবদি হরাও-হরাও লৌশিঙ্গগনি অমস্তুং মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি।

ইম্ফাল, অনুবাদক

মে, ডে, ১৯৭৬ ইং

# কথোকচবা

মণিপূরগী ড্রামা জগৎতা
মৈতৈরোন্দা ড্রামা শান্নবদা
অহানবা খুৎমাবিখিবা
মুংশিখিবা ইপা-ইবুঙেঙা
৺লোংয়াই সিংহ, খাইদৌবগী
খুয়াদা তোল্লবা নচাগী
হোৎনজবা পূম্মা কথোকচরে।

নবকুমার

# থেবস্‌কী ৱারী

ইউরোপ মহাদেশকী অৱাং ইথং থংবা লৈশাগা এথেন্স Athens) কী লমদমশিংগা শম্নবা অপিকপা লৈতেম মাম্নবা লিকলমগুম্বা লমদমশিং অসিবু বোয়োটিয়া (Bœotia) হায়না কৌই। হায়রিবা লম অসিগী মন্নাইরাইদা লৈ, থেবস্‌ (Thebes)। দেলফী (Delphi) গী লাইবাও মতুংইন্না এজেনোর (Agenor) গী মচানুপা, অদুগা জিউজ (Zeus) না শনলাবগী শক্তম লৌদুনা নমদুনা চিংলুবী ইউরোপা (Europa) গী মোপ্‌া, কড্‌মস্‌ (Cadmus) না সহর অমা শেম-গৎলম্মী। হৌগৎলকপমক্তদা মহাক্না হোৎনবা অদু মাই পাকলমদে। মরমদি সহর অদুদা থুন্দাদুনা লৈগদবা মাগী মরুপশিং অদু মনাক নকপা লোকচপ্‌ অমদা লুমদুনা লৈবা য়াম্না শাথীবা চৌংলাই অমনা য়োৎ-শিল্লম্মী। কড্‌মস্‌ (Cadmus), অসিগুম্বা অকিবা অসিদা নাচুংবা তৌরমদে; থুথা অমুক্তদা চৌংলাই অদুবু লোয়শিল্লে। ভরং-লাইবাও অমুকহন্না লাকলে। চৌংলাই অদুগী ময়াশিং শৎলগা মানা শেমগে খল্লিবা সহরগী লৈমায়দা পাম্বী-মরু থাবগুম, থাও হায়না য়াথং পিরকলে। চৌংলাই অদুগী ময়াশিং অদুনা মরু ওইনা থাখিবা মফম অদুদগী থুৎশু-থুৎলাই শুনা পাইরবা শাথিরবা হিংচাবা খুৎপু অমা ফাওগৎলকলে অমসুং মথোয় মশেল য়াম্নবদগী অয়াম্বা শিক্রে— শুপ্নগী হিংচাবা মঙাতমক হিংহৌরে অদুগা কড্‌মস্‌ (Cadmus) কী সেবাদা চংজরকলে। মথোয়গী মতেংগা লোয়ননা কড্‌মস্‌ (Cadmus) না থেবস্‌ (Thebes) সহর শেমগৎখি।

কড্‌মস্‌না পোলিডোরস্‌ (Polydorus) পোকখি; পোলি-ডোরসনা লব্দাকস্‌ (Labdacus) পোকখি; অদুগা লব্দাকস্‌না লাইএস্‌ (Laius) পোকখি। লাইএস্‌ অমসুং মাগী মুপী জোকাস্তানা মচানুপা অমা পোকই। অঙাং অসি পোকপা মতুং মমিং থোন্দ্রিবৈদা

—তশেংবমক্তি মানা পোক্লিঙৈদগী হৌনা—এপোলো (Apollo) গী শাথীরবা লাইবাও অমা লৈ—মদুদি অঙাং অসিনা নোংমদি মপা হাৎলরগনি অদুগা অপোকপী মমামক্কা পান্নরগনি। অসুম্বা লাইবাও অসিদা নাচুংদনা লৈথোক্কদবা তাইবংমী কনা য়াওবগে? লাইএস্ অমসুং জোকাস্তা অনিমক্না লাইবাও অসিবু ওইথোকহন্নিংদবা মশানা তাবনি। অদুদি করি উপায়? মরালবুদি লৈজদ্রবস্ত শাপ পূরবা অঙাং অসিবু হিংহন্দবা। মখুৎমকনা থবক অদু পাংথোকপদি ওইথোক্কে—অদুনা মখোয়গী মনাই য়াও-শেনবা অমগা মখুত্তা—চীংলক মাল্লক্তা শিজখিনবা হুন্দোক্নবা য়াথংগা লোয়্ননা শিন্নখ্রে। করিগুম্বা অঙাং অদুনা শন শাদুনা হল্লকপা য়াই হায়বগী চিংনবা কোক্নবা মখোং খুজেংদা য়োৎশিংগোৎ লেংশিন্নবা য়াথং পিরে।

য়াথং অদু পাংদি পাংথোকলে অদুবু ময়েক শেংনদি পাংথোকখিদ্রে। এপোলোগী লাইবাও ককপা য়ারোইদৌরে- তাইবংমীগী মীনুংশি শোয়নাইদবে। নুংশিগ্রবা পিকলিবা অঙাং অদুবু মবন্নাই পৎ-পুমদুনা শিজখিনবা হুঞ্জেকনবগী থৌনা য়াওশেনবা অদুদা লৈবমদরে। হুঞ্জেক-পগী মহুত্তা, লমথংনবা কোরিন্থ (Corinth) লৈপাক্কী য়াওশেনমিন্নবা মী অমদা মচা ওইনা য়োকচরুনবা শিন্নখরে। কোরিন্থকী য়াওশেনবা অদুনা অঙাং অদু কোরিন্থ (Corinth) লৈপাক্কী নিংথৌ পোলিবস (Polybus) গী মনাক্তা পুরকলে। মমিৎতা মচা উজদ্রিবা পোলিবসনা অঙাং অদুবু মচা ওইনা য়োকচনবা হরাও হরাও লৌশিনখ্রে। অঙাং অদুদা তাথী-তাওইনা তৌবিরকপা অদু নীংশিংনবা ওইনা, অঙাং অদুগী মমিং (খুজেং পোম্বা) ঈডিপস (Oedipus) হায়না থোল্লে।

লৈপাক্কী ইকায় খুম্নবদা মতিকচাবা যুবরাজ অমা ওইনা পাথং ফারকই ঈডিপস্—অদুগা মহাকপু হেক পোকপাবনি খঙবা মমা-মপা অনিগী লুবা-চান্না তৌজবা পুত্যপুত্র ওইজরে। লাইগী নোংদম হায়দুনি, এপোলো (Apollo) গী লাইবাও চেনবা মাইবা মাইবীশিংগী মফমদগী

মানা হেক পোকলকপদগী লোইনরকলবা তুজুংলবা শাপন্তক অদু ঈডিপস্ তারকলে। অপোকপা মপা-মমানা তৌথিবগুম্ তুজুংলবা লাইবাও অদু অরেম্বা তাহনগে হায়না ঈডিপস্ খল্লকলে। অদুনা মহাক্কুদি অপোকপা মমা-মপামকনি হায়না লাম্না খঙ্গক্লবা নিংথৌ পোলিবস্ অমসুং মহারাণী মেরোপ হিংলিবা মখৈদি মমি ফাওবা তাহনগ্নরোই হায়বা ৱাশক অমগা লোয়ননা ঈডিপস্ কোরিন্থতগী চেনখ্রে। মহাক্না অসুম চেল্লকপনা, লৈপাক কাংথোং চায়রুনা লৈরমলবা থেবস (Thebes) তা থুংলরে। নিংথৌ লাইএস (Laius) শকখংদবা লম্বীচৎপা নিপা অমনা, মী-তাদবা লম্বী অমদা হাৎখ্রে; স্ফিনক্স (Sphinx) কৌবী হেলোয় অমনা মানা চন্‌বা পাউখোং ফোংবা ঙমদবা মী খুদিংমক চাথোকপা মরম্না সহর অদু অৱাবগী মৈখুনা মমলম্মী; অদুগা পাউখোংশিং অদু ফোংবা ঙম্বা মী অমত্তা চোংথোকলমদে। অদুবু হেলোয় অদুগী চপচাবা লাম্বা ওইনা, ঈডিপস্‌না সুম লাকপদা হেলোয় অদুগা থেংনরে।

হিংচাবী অদুগী পাউখোং—অয়ুক্তা মথোং মরি পানবা; নুমিৎ য়ুংবদনা মথোং অনি পানবা; নুমিৎ তাবদনা মথোং অহুম পানবা করি জীবনো হায়বা মরৌ লৈবা পাউখোংবু, তাইবঙ মীনি হায়না ঈডিপস্‌না ফোংলে। মরমদি তাইবং মীদি অঙাং ওইরিঙৈদা শনশাদুনা চৎলি; কল্লিঙৈদনা মথোং অনিনা চৎল্লি; অদুগা অহল মতম ওইরকপদনা চৈশু পায়দুনা চৎলি পাউখোং অসি ফোংবদা হেলোয় অদু শিখ্রে; থেবসকী মীয়াম্না শিখ্রবা নিংথৌগী খুডম, ইমুং-মনুং, মরল-মথুম পুন্নমক ঈডিপস্‌তা শিন্নরে। ঈডিপস্‌না জোকাস্তা পান্নদুনা মচা নিপা-নুপী পোকলে। লম্বী লম্মাং অমদা শকখংদবা মী অমা হাৎখিবা থোদোক অদু ফনা লৈদুনসু, ঈডিপস মথৌনা লৈবা, মরৌশিং ৱাৎতবা নিপা অমা ওইনা অনৌবা য়ুম অসিদা মহাক মপুকনিং মকালাম্না লৈরকলে।

চাউখৎপগী শকতমগা লোয়ননা লৈরকপা চহি তরামঙা হৌজিন-ন্রে। অদুবু ইকায় ফীরুকনিঙঙায় ওইবা, সমাজনা থা-শিংনফম ওইবা অরোনবা রাফম অদুদি ফুমদুনা লৈরি, মাংউ হায়বা য়াদে। ঈডিপস্কী পাপকী মশক ওইবা হোনদবা শাজৎ অদু ঈশ্বরনা মখা তানা য়েংদুনা লৈবা ঙমলকতরে। চাক-তাংবা অমস্থং শা-শন মরাই তাশিল্লকপনা থেবস্ কৌবা লৈপাক, পৃথ্বী লৈমায়দগী মুৎথিগদৌবগুম তৌরে। তৌফম খংদ্রবা নিংবা কায়রগা মাগী প্রজাশিংনা মনিংথোগী মফমদগী মাগী শোয়নাইদ্রবা লমজিং নিজরকলে ; অদুগা লাইয়ামশিং মরুওইনা এপোলো ( Apollo ) গী মফমদা অরা-অনাশিং অসিদগী কোকপিনবা হায়জরকলে— ।

( মথাতাবা নিংথৌ ঈডিপস্কী তমথিরবা রারী থংনবা লমাইদগী থেংনবীরনি— )

# নিংথৌ ঈডিপস

## লীলাগী শকতম্‌শিং

ঈডিপস্‌ : থেবস্‌কী নিংথৌ — জোকাস্তা : ঈডিপস্‌কী মুপী

ক্রেওন্‌ : জোকাস্তাগী মোপ্‌া — টাইরেসিয়স : মিত্তাংবা কিথুম্পুবা

পুরোহিত অমা, য়াওশেনবা অমা, খোংলোয় অমা,
থেবস্‌কী অহল লম্মনগী সভা ( Chorus ), নিংথৌগী লমইন-থমইন,
মহারাণীগী লমইন-থমইন, থেবস্‌কী প্রজাশিং।

মুং :—থেবস্‌ কোন্নুংগী মমাং। মা শঙ্গ য়গী মনাংথ'বা ম ঙ্গেলগী ছিড়ি থাক থাক অমম্‌' চুমাং ময়ায়দ' লৈরবা লাইগী ফাওখোং অকোয়বদা থেবস্‌কী প্রজাশিংনা ইকোয় কোয়না লাইখুৎকুবগী মওংদা মডুক নোম্না থুকউ লৈতানা ফমদুনা লৈ।

[ মথোং অচৌবদগী নাই-শনগা লোয়ননা চংলকই —নিংথৌ ঈডিপস্‌ ]

ঈডিপস্‌—ইচাশা ! লীরবা কডমস্‌ শাগৈগী
অনৌবা ঈ ! থৌ-লাং পুম্নমক অসিগী
করি অর্থ, উনা-শিংনা সহর অসিবু
হানম্নরবা—ধুপ, অরা তেংথাখোলশিং
অসিনা করিগী ?
পাউপুবা মীগী রাদা রাচানবা পকচদে খন্দুনা
ইমিৎমক্লা য়েংগে লাকলি ঐহাক ইশামক—ঈডিপস্‌
ইমিংনা শরা শল্লবা—।
(পুরোহিত্তা ওনশিন্দুনা ) ইকায় খুম্নকম্‌ ওইরবা !

চহিনা মতিক ওইরবা, মখোয়গী মহুৎ ওইনা ভাংবদা
করি তৌরবগে ? করিনো কিরিবা ? করিনো পামলিবা ?
নখোয়বু তেংবাংনবৈ, ঐহাক শোয়দনা তৌগনি ;
থম্মোয় পান্দবা শোয়দনা ওইগনি ঐ, নাপশেন্দ্রানরবা ;
অসুম্না হায়রকপদা অমত্তা ওইবা খোল্লাওনা ।

পুরোহিত—ঐবু লোইবা লৈমাবা ইনিংথৌ, স্না মিৎয়েং
তাবিরে ঐখোয় খ্বাইনা পুল্লস্বা
নহা-অহল, খোমনম্নরবা অঙাংদগীনা –
খ্বাংগোল্লবা অহন ফাওবা ;
জিউস লাইরেম্বগী পুরোহিত ঐনা অমসুং
নহারোল পুম্বগী লুচিংবা
কয়া অমস্থু কৈথেলদা ফমহৌরি, অসুম্বা উশাশিং
অসি পাইরদুনা,—
অদুগা পালস ( Pallas ) কী থাবক লাকলবা
কাও্খোংগী অকোয়বদা
অদুগা ইস্মেনস্ তুরেলগী তোর্ব্বান্দা
লৈবা শেংলবা মৈফমগী অকোয়বদা— ।
ইরৈপাক্ অসিনা চেনফম লৈত্রবা
অশিবগী অকনবা ঈচাওদা লুপলিবা—
ইঙোস্থ স্না-মিৎয়েং তাবিরবনি ।
চাথোক লৈরবা, মপাল ফনা শাৎলবা,
ইরৈপাক মাগী লোৌফমদা—অশিবা,—
শঙাবুংদা অশিবা ; লৈমশিঙ্গী
শিওম্নুংদা অশিবা ;
অদুগা অনাবা অচৌবা অমনা,
লৈপাক অসিবু মৈ-পুরবা হিংচাবা অমঙম

খুত্তুম চেৎলা পারখয়ে।
অয়ুম্ তৌদুনা, কডমস্ শাগৈ অসে
মকু হুবমথৈ খোক্তোকুনা,
মিকপ-মীয়াওখোলত্তনা নরক্কী মবুক নোয়খোকলে।
ঐ অমসুং অঙাংশিং অসিনা
নোঙ্গ ৱাইগা লোয়ননা করিগুম্বা
চঙজরক্লবদি ইডো নঙোন্দা.
লাইগা মাঙ্গে হায়না খঙ্গদুনা তৌবা নত্তে
অমরোমদা, শিব নায়বা পুন্সিগী থবক-থৌরম
খুদিংদা মকোক থোঙবা মীশক অমা ওইনা
নত্রগা, মীওয়বদগী হেনববু
মায়োক্লবা ঙম্বা মীশক অমা ওয়না খঙ্গবদগীনি
ভুক্কচনিংঙায় ওইবী মী-শুমহৎপী মুপী'দুগী
যোক্লিংদগী ঐ:খায়বু লৌথোকপীখিবদি,
কডমস্কী সহর অসিদা নোনা লাকপা
নহাক্লনি হায়বসে, ঐ:খায় নিংশীংজৈ।
মাংজোননা খঙউবসু তৌদনা,
নত্রগা নাশোল অমফাওবা য়াউদনা—
ঐখোয়না শেঙনা, থাজজরি, শুপত্তগী
ঈশ্বরগী থৌজালত্তনা
ঐখোয়দা নহাক্লা পুন্সি অমুক পীনবিখি।
হৌজিকসু, পাঙ্গল্লবা অমসুং নমিংনা শরা শল্লবা
ঈডিপস্, ঐখোয়না নঙ্গী নতেঙ অমুকসু নীজরি।
ঈশ্বরনা নত্রগা তাইবং মীনা উৎঙমদবা পাম্বৈ অমনা
ঐখোয়বু লান্‌বিগদবা লম্বী অমত্তংগা থীবিয়ু
মাংলমচবা খুদোংথিবা কয়া

থেংনখিবগী কণ্ডলকপা জ্ঞাননা
হৌজিকসু পাওমেনবিবা ঙম্নীগনি খঙ্জে ঐখোয়না।
মরম অদুনা মীথোয় মীহেল্লবা,
ইরৈপাক্কী মপুন্সি অমুক্তং হঙ্গলহনবিয়ু।
নঙগী মিংচৎ অদুগীদমক্তা চেকশিনবিয়ু।
হোৎনবা কনবতনা নঙ্গী –
কনবিখি ঐখোযবু মতম অমদা
নঙনা লৈপাক ঙাকপদগী
ঐখোয়বু থাঙ্গৎলুবদি,
লৈখ' তাহন্নবগীদমক্তা ওযরমলে
হায়বড়দি থোকহনগন্নু'স।
কনবীয়ু, ঐখোয়গী লৈপাক অসিবু কনবীয়ু,
লৈপাক অসিবু তুংকোযনা তেক্ত কাযদনা থম্বীয়ু।
মতম অদুদা ঐখোযবু য়াইফ লাইবক পীনবিবা
মশেক নাইবা থরানমিচাক অদুমক্কী মখাদা
য়াইফ মুমিৎসিদা ঐখোয়বু লমজিংবীয়ু।
হৌজিক ওইরিবগুম্না ইবুঙেঙোনা,
ঐখোয়গী ইনিংথৌ ওইবীবা তারবা,
অহিংবা মীশিংগী নিংথৌ ওইবীয়ু,
অহাঙবগীদি ওইবীনু,
মী য়াৎলবা, অদুগা নিংশাম্বর হোল্লিবা
মী য়াওদ্রবা জাহাজদি, নল্রগা য়ুমদি
মপাঙ্গল য়াৎপা মশানা তাবনি।

ঈডিপস্—ইচাশা! নখোয়গীদমক্ত ঐহাক য়াই,
ঐবু থাজবিয়ু, নখোয় পুন্নমক্না য়ারিবা,
নখোয়না ঐঙোন্দগী করি আদা ভৌবা হায়বদু

ঐ খোৎ খোৎপা খঙজে।
নখোয়না রারিঙৈগী মন্নুংদদি
ঐঙোন্দগী হেন্না রাবা কনা লৈরম্মোর।
নখোয়না রাবদি নরোমদোমত্তগীনি,
অদুগা ঐনা পুরিবা অরা পোৎলুমদি,
ইরোন্দোমগীস্নি, নখোয়গীস্নি, অদুগা
ঐগী প্রজা মীয়ামগীস্নি। ঐহাক তুস্ব চংদে
ঐহাক কপ্পী, অদুগা লোইবা নাইত্রবা
রাখলগী লম্বীদা ঐহাক চৎলি।
অদুগা ঐহাক্কি তন্দুনস্ত লৈথোক্তে, ঐনা আশা
তৌরিবা থবক অমদদি ঐহাক পাঙথোকখরে।
ঐগী করম্বা রাইহনা, নত্রগা করম্বা থেদৌনা
ময়ামব তেংবাংবা ঙমগদগে খঙনবা, ঐগী
মরী মতাস্ত ওইরিবা মেনোকস (Menoeceus) কী
মচানুপা ক্রেওনবু (Creon)
এপোলোগী খুভম্ পাইথিয়ান্দা (Pythian) দা থাখরি
ঙসি হায়বা মুমিংসিদা মহাক লাকপা য়াই,
ঐস্ত অস্তন্না পারি।
মহাক্না ইহলমক হল্লক্তবা অসিদা
ঐঙোন্দা অরাবা অমা ওইরে।
মহাক্না লাক্লবা তুংদা, লাইরেম্বনা থৌদারকপশিংদো
লোয়নমক পাঙথোক্কনি, ঐনা,
ইজ্জৎনা সাক্ষী ওইদুনা রাশকলিবসিনি।

পুরোহিত—নিংথিজনা তাকপিরেদা,

**( অয়াঙ্গদা কনানো অমা লাকপা উবদা )**

**অদুপা মেংবীয়ুদো! ক্রেওন লাক্লে হায়বসে**

মরাম্না খুদম্ ঔোরিবসে,
অওইবমক্কি। মহাক 'সিদা লৈরে।

ঈডিপস্—( মহাকস্থ য়েংলদুনা ) অদুগা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা
হে এপোলো।
মাগী মপাও অসিবু ফদি ফয়মগনিকো।

পুরোহিত—ফরমফম থোকইনা ; মাগী মকোক অসে
খোমিৎ কারবা হৈজাম্পেং পরেং যেৎলিবসে ;
মসিনা খুদম অমনি।

ঈডিপস্—ঐখোয় থুনা খংলনি ....
মানা ঐখোয়বু তারমলগনি....
সনা ঈ পক্লবা ইনাও ইবুঙেঙা।
করি পাও ?
লাইরেম্বগী চিনবানথোংদগী ঐখোযগী করি পাওজেল ?
( ক্রেওন চংলকপা )

ক্রেওন —য়াইফ পাওনি। হাযজবদি, পুন্নমক [illegible]জনা চথরবদি
থম্মোয় শোকপা থৌদোক কয়াদ [illegible]
অফবা ওইরকপস্থ মযাই।

ঈডিপস্—অদুগা পাউখুমদি ? নঙনা ঐহাবপু
অকিবা অমস্থং আশা অনিগী মরক্তা থমলে।
পাউখুমদি—?

ক্রেওন—অদোম্না য়াবিরবদি ময়ামগীমমাঙদা
হায়দোকচরগে, নত্রগনা, মমুঙদা
লেংশিল্লসি।

ঈডিপস্—ময়ামগী মাংদা হাযদোকলো।
মখোযনা পাখংপা অসিনা, ঐবু মুঙনাংবরে
ঐগী পুন্সিদগী হেন্নদুম।

ক্রেওন—অদু ওইরবদি পাউখুম অদুদি 'সিনি
অদুগা ঐখোয়গী ইপুরোইবা ফোবস্‌কী
ইচম চম্বা মরাথংদি
ইরৈপাক অসিবু মাংথোকপা—
লমদম অসিমক্তদা পোকপা অমসুং চাওবা
অমাঙবা পোংশক অমা লৈরে।
ঐখোয়বু মরু ফংন। মাঙহন্নবা থম্বা চুমদে
থুনা তাম্থোকখিগদবনি।

ঈডিপস্—করিনো অমাঙবা পোংশক্তুবু?
অদুগা শেংদোক্নবা পাম্বৈনা করি?

ক্রেওন—মীশক অমবু লোয়থোকপা,
নত্রগা ঈগী মহুত্তা ঈনা লম্মন শিঙবনি
মরমদি ঈ তাখিবনা, ঐখোয়গী ইরৈপাকসিনা
অরাবা তাবগী মরুনি।

ঈডিপস্—মানা ঈ হায়রিবসিবু করিনো?
শিখিবা মীশক অদুবু কনানো হায়বা—
মানবু হায়রকপরা?

ক্রেওন—ঐখোয়বু লমজিংবিনবা ইঙোনা লেঙলক্লিঙৈগী
মাংদা ইনিংথৌ অমা লৈজরম্মী।
ইঙো,
মাগী মমিং লায়স্‌ কৌরম্মী

ঈডিপস্—ঐ খঙই। অমুক্তদি উহৌদে।

ক্রেওন—মহাক্তো হাৎখরে।
শকথঙদবা মীহাৎপা অদুবু ঐখোরনা
চৈরাক পিগদবনি হায়বসিনি, ঈশ্বরগী ময়াথংগী
অশেংবা অর্থদি।

ঈডিপস্—অদুগা মহাক অদুদি কৈদা লৈরমগনি ?
ফনা য়াম্না কুয়রবা থৌদোক্তুগী মুৎথ্রবা
খুনাম অদুবু মফমকৈদা ফঙগনি হায়না
ঐখোয়না আশা তৌবা য়াই, হায়বগেনে ?

ক্রেওন—মফম অসিমক্তদা—ঈশ্বর মানা
তাকপিরকপনি। থীয়ু, অদুগা নখোয়স্তু অদুম্ ফঙ্গনি।
থীবু থীদ্রবদি ফঙদনা অদুম্ তোক্লগনি।

ঈডিপস্—লায়স্‌না তমথিরবা, তুজুংলবা মীশি
অমগা মায়োক্নখিবদুবু
য়ুমদরা, নত্রগা লৌবুক্তরা, নত্রগা
মীরৈপাক্তরা ?

ক্রেওন—মানা হায়রম্বা মতুংইন্নদি, তীর্থ চৎপনি হায়দুনা,
লৈপাক অসি থাদোকখিবনি।
অদুগা মুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা
ঐখোয় মহাকপু অমুক উখিদ্রে।

ঈডিপস্—ব্রাহৈ অমা ফাওবা ফংখিদ্রা,
সাক্ষী ওইনবা থৌদোক অদুবু উহৌবা,
খোংবু অমত্তা য়াওখিদ্রা ?

ক্রেওন—পুম্নমক শিখ্রে ! অমথক্তুং নত্তনা,
মহাকস্তু তুজুংলবা দৃশ্য অদুদগী চেনখ্রে,
অদুনা চপচাবা রা অমত্তা থংনদে—
অমথক্তুং নত্তনা।

ঈডিপস্—মদুদি করিনো ? অপিকপা লংলা লংজিন,
অমত্তংদং ঐখোয়না ফংবা ওমলবদি
অতৈস্তু য়াম্না চোংথোকচরকনি।

ক্রেওন—মহাক্কী ৱারীদুদি 'সিনি মদুদি পোৎলাকপা,
অমত্তবু নত্তেয়ে, য়ামগ্রেয়ে,—ইনিংথৌগী
খুৎপু অদুদা হুপথরকলগা, ময়ামগা
লোয়ননা হাংগ্রে 'সিনি।

ঈডিপস্—পোৎলাকপশিংনদি অস্থক শাথিবা মরাল
অমদি তৌরোয়না।
কনাগুম্বা অমনা শেল পিজদুনা ইনশিনবা অমা
য়াওদনদি।

ক্রেওন—মদুস্ পম্নখি। অদুবু মতুং তারকপা থৌদোকশিংদা,
মীহাৎপাশিংদুবু লম্মন খুন্নবা কনামত্তা
চোংথোরকখিদ্রে।

ঈডিপস্—খুদোংথিবা থৌদোকশিং হায়বদি করিনো?
ইনিংথৌনা লৈখিদবগী মরম থিগৎপদা
খুরৌথাংনিঙ্ডায় ওইবমখৈ পংচাও চাওবদি
ওইরমলোয়না।

ক্রেওন—স্পিনক্সকী পাউখোংশিং অদুনা, মী হাৎখিবগী
ফোংডমদবা অরোনবা অদুদগী ঐখোয়গী মিৎয়েং
চিংথোক্লুনা খুৎলৈথুনা পায়খৎতবা য়াদবা
থবকলোমদা ঐখোয়গী পুকনিং চিংশিনখি।

ঈডিপস্—ঐনা শোয়দনমক নৌনা অমুক হৌগৎকনি,
পুন্নমক অঙানবদা চিংথোক্কনি।
ময়াম পুন্নমক ফোবস্পু খুরুম্জয়।
শিগ্রবা অদুদা ঐখোয়গী থৌদাং পুন্নমক
পুকনিং চিংশিনবীবগীদমক্তা,
ঐখোয়না নহাকপু থাগচ্চরি।
ঈশ্বর অমস্তুং লৈপাক্কী থৌদাং য়াবদা

ময়াম্না আশা তৌনবগুম্না,
ঐনা ঙমজবমখৈ, পুকনিংচংনা
তেংবাংজগনি।
ইশামক্কীস্নি—চুম্না ইরোয়-ইপাং অমগীদমক্তা
নত্তে, চুরিবা দাগ অসে কোকহনগদৌরিবা
—অমরোমদা ঐগীদমক্তস্নি।
ওইনিংবা মীশক অমা ওইজসনু, লাইএসপু
হাৎখিবা মীশক অদুনা ঐগী মাইয়োক্তা
শোয়দনা মখুৎ থাঙ্গৎনিংলমগনি।
মরম অদুনা লাইএসপু সেবা তৌবা হায়বদি
ইশামকপু সেবা তৌজবগুম্বনি।
হৌজিক্তি, ইচাশা। নফম লাংদগী হৌগৎলো।
উশা-রাশা ময়ামসিগা লোয়ননা চৎখ্রো,
কডমসকী মীয়াম পুন্নমক, 'সিদা পুরকউ,
অদুগা ঐনা পাংথোকলোয়দবা করিমত্তা
নৈতে হায়দুনা মখোয়দা হায়রমউ।
ঈশ্বরগী তেংবাংতনা ঐখোয় লেপ্লিবনি
হায়বসিদি অরেপ্পনি,
—নত্ত্রবদি ঐখোয় তুগদবনি।

(ঈডিপস্ কোন্নুং মনুং চংখি। পাউপুবা অমনা প্রজাশিংবু কৌবা চংখি। পুরোহিতনা লাইথুরুবা মনাম অদু চৎহনখি।)

পুরোহিত—হৌগৎলো, ইচাশা! ঐখোয়না হায়জগে হায়না
লাকপা পুন্নমক্তো পাংথোকপিগনি হায়না
ইনিংথৌনা রাশকপিরেদো। পাউজেল পিনবীরকপা
ফোবসপু ঐখোয় খুরুমজশি,
ঐখোয়না মাইয়োক্লরিবা অরাবা 'সিদগী

ঐখোয়বু কনবীনবা মশামক লেংবীরকপস্তু য়ারি।

( লেবান অহল নম্মনশিংগী কাংলুপ—কোরস চংলকই )

কোরস — মঙানগী নৈপাকনি হায়নবা থেবসতা,

চোযনৌ সনা নৈপাকনি শোম্নবা পাইথিয়ানগী

অতিয়া মকোয়দগী য়াইফ খোঞ্জেল তারকলে।

কিখিবনা থম্মোয় অসি কায়রে।

অকিব'সিগী মরমদা করম্নবু হায়রসিগে

অকিবসিনা ঐখোয়গী থক্তা নল্লরে

দেলজ (Delos) বু তায়শীনবীবা,

নহাক্না করি পাংথোকপিগদৌরি ?

কোয়না চৎপা চহি কুমজাগুম,

অনৌবা অমস্তুং অরিবা পোৎশক কয়াবু

চোয়নৌসনাগুম্বা আশাগী মচামুপী—

তাকপীরো ঐখোযদা।

তাওথবীরকলো মাংফদ্রবা নরাইহেশিং।

জিউসগী মচামুপী, শিনায়দ্রবী এথেনা।

অহানবদা নংবু কৌজরি।

মথংদা নচেবেম্মা—মহারাণী আর্টেমিসপু

কৌজরি,

ইরৈবাকসিদা,

মাগী সিংহাসনগা লোয়ননা ডাম্মোয়বিরনবা।

অদুগা, খুৎস্তু তেনগী মপু ফোবস্

মাংলমচত্তা তৌখিবগুম

শক্তি অহুম থোনবা নংগী নপাঙ্গল

পুংজাসিদা উৎপিররো।

মৈ অমস্তুং তমথিরবা লাইন'-লাইচৎ

অসিদগী ঐখোয়বু কনবীয়ু
অস্নুন্না ঐখোয়বু শেংদোকপিরো।
রাহৈনা ফোংঙমক্রবা অন্নাবা,
অদুগা লাইকোক-তীনকোকুওম্বা পাম্বে কয়া নমথেক্লুনা
অনাবনা ঐখোয়গী মীয়াম্বু নৈহৎলে,
মকুকোকলবা লৌবুক্তা পাম্বীগী লাম্বনা তারে
অদুগা মহৈয়াম্ক্রবা নাওয়েকপগী চৈনা
কয়া'মা ফাওরে।
অমম্বা অহিংদা খুৎলৈ থুনা পায়খি।
মাগী লম্বীদা মী শিজিন্নকপনা,
ফোংঙম্বা রাহৈগী রাংমদা
সহর অসি নমথীহঙওায়না থল্লে।
কনা অমত্তা কপ্তে,
অরা মাইথোংপুবা ফমশেন্নবা কনা য়াওদনা
মাগী মচাশিংনা শিরি।
মমা ওইবীশিংনা ফাংথোং খুদিংদা
খুকউ লৈতানা লৈরি।
চোয়নৌসনা—এথেনা! কপচরিবা ঐখোয়গী নাক্তা
লাকপীরো।
এপোলো, ঐখোয়বু তাবীয়ু, অরা-অনাসে কোকহনবীরো।
নত্তে য়োথাং খিংবগী মখোল,
লাম্হেংনবগী মখোলনা অকোয়বসে নিল্লে,
অশিবা কৌবী—হিংচাবী খুৎলৈ থুনা পাইহনগ্রো,
সমুদ্রগী থাপলবা শুংদাইদা লংশেকগ্রো,
নক্রগা মাগী খুৎশু-খুৎলাই থম্নফম
করিগুম্বা মহাও য়াওক্রবা অরাংলমগী ইতাফমদা

মুমিদাংগী অরাবনা ওইরকই—অয়ুকী অওৎ-অনৈ
জিউস্, নংগী নোংমৈশিংজংনা নমথরো।
নংগী নোংথাংলৈমনা হাৎতোকলো ॥
পাইথিয়ান্ নংগী সনা খুৎসু তেন্না হাৎতোকলো
মেনাদকী হরাও তয়ামদা, জগোয় শাথেক ফজবা
ঐখোয়গী লাইরেম্বা বক্কস,
ইউও ! নংগী মৈখুল অদুগা লোয়নননা
তমথীরবা য়েরুবা, লাই, পুম্নমক্না কিনরবা
অশিবা কৌবা লাইদো হাৎনবা চংশিল্লো।

( কোমুংদগী ঈডিপস্ খোরকই )

ঈডিপস্ —নখোয় পুম্নমক লাই খুরুমলে
অদুগা নখোয়গী লাইশোনগী পাউখুম
শোয়দনা ম্লাকনি, তেংবাংগী মশক ওইনা
করিগুম্বা নখোয়না, ঐনা হায়বা ইল্লবা
অদুগা নখোয়গী, অরাবা কোকহনবদা
ঐগা লোয়নননা, করিগুম্বা নখোয়না চৎলবা
থোকখিবা থোদোকশিং অসিগী মরম,
মীতোপ অমা ওইবনা তোকঙা নত্তনা
ঐহাক যুম্না খংদে।
অদুবু—ঐনা হায়রিবসিনি, মসিগী লংলা
লংজিন খংদনদি, ঐনা থিরিবা অসি
খুমাং চাওশিনবা ঙমলোয়দোরি।
মরম অদুনা নখোয়গী নরক্তা
নোনা লোশীনবা প্রজা অমা ওইনা
থেবান প্রজাশা, নখোয়দা ঐনা
লাওথোকলিবসিনি,

লন্দাকসকী মচাগ্নপা, লাইএস হাৎপদা
খুৎ চংখিবা অদুবু, নখোয়গী নরক্তা
কনাগুম্বনা খংলবদি, শেংনা হাযদোকলো
হৌজিকমক্ ঐঙোন্দা—।

( মহাক গুহাক লেপ্পী. ময়াম তুম্মিন্না লৈনৈ )

নত্রগা, য়াখল চোযদুনা তৌকয়বস্থ
মহাক অদু চোংথোয়কলো।
মহাক থোয়না চৈয়াক ফংগদবা লৈতে।
লোযথাবদগী হেন্না, মাগী থোযনা মন্নাইবক থিগদবা লৈতে।
করিগুম্বা ফত্তমুংদা অমত্তা, 'সিদগী হেন্না থোক্কদবা নত্তে।

( ভারিবশিংদু হৌজিকস্থ তুমিন্না লৈ )

নত্রগা, মীহাৎপদু মীরম'চানি হায়না খংলবস্থ
হায়দোকল্লো।
পাউ পিবদু ঐঙোন্দগী মনা ফংগনি,
অদুগা নখোয় ময়ামদগীস্থ থাগৎ য়াহৈ ফংগনি।

( ময়া'ম তুমিন্না লৈ )

অমরোমদা, নখোয়না করিগুম্বা হাযদোক্রবা
অদুগা কিবদগী, কনাগুম্বা মীশক অমনা,
মশামকপু অমস্থং অতোপ্পবু লোৎলম্বা থোকলবা
মহাক্কী মকোক কেনগদবনি হায়না—ঐনা
য়াথং পিরিবসিনি।
মহাক অদু ওইনিংবা মীশক অমা ওইসনু,
ঐনা য়ায়েন্নিবা লৈপাক লৈকোয'মুংসিদা
শাইদাংফম অমত্তা পিরোয় নত্রগা,
কনাগা য়া-লান ঙাংনবা য়ারোয়।
অদুগা লাইনিং ল্লাইশোল্প, হয়াও-কুম্মৈনচিংবদা

খোঙ্গুল তাবা য়াহল্লোয়।
লোয়ননা পাইথিয়ান ( Pythian ) গী লাইকাও তুংইন্না
লৈতাখরবা অমাংবা শাপস্তক ফংলবনি হায়না
য়ুমথোং খুদিংদগী ইন্থোক্কদবনি।
অমুন্না ঈশ্বর অমসুং শিপ্রবা অদুগী মফমদা
ঐগী ইথৌদাং পাংথোকলগনি।
অদুগা মসিমক্ত ঐগী অচেৎপা লাইশোন্নি
মদুদি, করিগুম্বা মফম অসিদা
শকথংদবা মীহাৎপা অমসুং লোতুনবশিং য়াওরবা,
অদু ওইরবদি মখোয়দুনা তৌখিবা থবক্কীদমক্তা
মমায় ইকায়-ফীরুকনগদবনি।
অদুগা মপুন্সি লোম্বা ফাওবা
মরুপ-মপিক্তা লৈরোয়দবনি।
পিখিবা শাপ অসিদগী ঐ ইশাফাওবা
নান্থোকচবা ঙমজরোয়।
করিগুম্বা, ইশামক্তা অমসুং ঐগী ইমুং-মনুং থংন-থংন
মরাল্ল লৈরবা মীশক অদুবু থমলম্লবা
ময়ামদা ঐনা পিখিবা শাপ অদু
ইকোকথক্লিদা তাবা ওইসনু।
ঐগী ইকমদা অমসুং ঈশ্বরগী মফমদা
অমসুং অয়ো নাহে ফংলবা লৈপাকসিগী মফমদা
নথৌদাং পাংথোকপগুম্বা
নখোয় পুম্বনা ঐগী য়াথংশিংসে
ফজনা পাংথোকই, পাংথোক্তে হায়বা—য়েংশিনগদবনি।
ভরং-মালংপান্দগী অনিংবা মপাও ঙায়দুনা ;
ভীলচম লাইচম্বগী থৌরম'মত্তা পাংলমদবা

ঐহাক থৈনা ঙকশ্রে।
মতিক অসুক লৈশ্রবা মীশক, ননিংথৌ অমা শিখিবদি
অরুপ্পা উনা হায়দোক্কনা, থিগৎফম্নু থোকপনি,
ফরে হৌখিবদি হৌগ্রে,
হৌজিক্কি নোংদম্বনা তমখিবনা—,
মতম অমদা মানা পাল্লম্বা লৈপাক
মাগী ফমুং, মাগী মুপী, মাগী মচাশিং
ঐগী ওইরবনা—
ঈ-মরী অমা ঐখোয়গী ইরক্তা লৈফম থোকলে
অদুনা, ওন্থোকপা হায়দুনি,
মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক্কুগীদমক্তা
ইপাগী মংশক তানবগুম্
মহাক্কীদমক্তা হৌজিক্কি
চোকথবা লৈতনা লাম্থেংনগনি।
অসুম্না এজেনর ( Agenor ) গী মচা
কডমস্কী মচা পোলিদোরস্ (Polydors )
পোলিদোরসকী মচা লব্দাকস্ (Labdacus),
লব্দাকসকী মচা লাইএস ( Laius ) পু হাৎখিবা
মীশক অদুগী লংলা লংজিন
পুথোক্কনি, অহনবা লৈতনা হোৎনদুনা ;
থৌদাং অসিদগী মাইওল্লগে থল্লবা—
লাইয়ামপুম্বনা শাপ তৌবা ওইসনু
মখোয়গী মশুংলাংগী. লৌফম্না মরোংচুমত্রিবা
মমা ওইবীশিংনা মমিত্তা মচা উত্রিবা,
অদুগা মখোয় মশুংলাংগী,
ঙসি রাবিবা 'সিদগী' থোয়ন হেন্না রাশিল্লক্কদৌরিবা
মখোয়শিংদুবুদি মমং ফাওবা তাম্নগনি।

অদুগা ঐগী নাক্তা লেপলিবা,—
কডমস্ (Cadmus) কী মচা নখোয়গীদমক্তদি
অচুম্বা ( সত্য ) অমসুং ঈশ্বরনা, মতমলৈবখিবিক্তা
ননাক্তগী লেংদবা ওইসনু।

কোরস্—নংগী শাপস্তকী মখাদা, হে নিংথৌ
ঐনা থৌনা ফনা পাউথুমলি;
মীশক অদু ঐহাক নত্তে,
অদুগা মহাক অদু কনানো হায়বসু
পুথোকচবা ঙমজরোয়।
রাহং অসিমক্তি ফোবস ( Phoebus ) লাইরেম্মদগী
লাকপনি।
অদুনা মরাললৈবা মীশকতু, কনানো হায়বতুদি
মহাক্তনি হায়ঙমগদবা।

ঈডিপস্—চিংনফম লৈতে
অদুবু মাগী অনিংবগী রাংমদা
ঈশ্বর অমবু মচিন কাংহনবদি
তাইবং কনাগুম পাঙ্গলদি লৈতেনা।

কোরস্—ঐনা হায়জগদবা অমতংদি লৈরি।

ঈডিপস্—হায়থরকউ।
অনিশুরকপা নত্রগা অহুমশুরকপা
রাখলসু ওইসনু ঐখোয়পুম্বা তাগনি।

কোরস্—লাইরেম্মা ফোবস্ ( Phoebus ) কী ঙমদায়দি
ইতো টৈরিসিএম (Teiresivs) নি হায়বসি
ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজবা অমা ওইনা,—
ঐনা নীংশিংজরি। ঐখোয়না থিরিবা অসিদা
মহাক্তংদি তেংবাংবিরকপা ঙমগনি।

ঈডিপস্—মতুস্তু ঐহাক উশিন্নদবা তৌদে।
মাবু কৌরুনবা থাগ্নবনি।
—মসে ক্রেওনগী পাউতাক তুংইন্নবনি।
ঐনা মাবু কৌহল্লুবা অনিরক্তুম্ শুরে;
অদুবু মহাক্না হৌজিকফাওবা লাক্তবসিদা
ঐ ঙকই।
কোরস্—তৌবমক্তি তোকঙা থরবুদি লৈখিবনি।
অদুবু ইবেনপোক্কী
চাকঙায় ৱারীঙাক্তা তাখি।
ঈডিপস্—তোকঙা? করি, তোকঙা হায়বা?
পুম্নমক্তুস্তু ঐহাক থংফম-তাফম্ থোকইনা।
কোরস্—লম্বীদা মাবু হাৎখিবা অদু—
লমকোয়বশিংননি হায়নখি।
ঈডিপস্—ঐস্তু অদুম্না তাখি।
অদুবু সাক্ষীদি কদায়?
কোরস্—ইঙোগী শাপ ময়ামসি তারবমক্তদা
নাপশেন্দ্রানবা মহাক্তো
মথৌনা লৈরম্বা তায়দনা: ইঙো।
ঈডিপস্—থবক অদু পাংথোকপদা
মখুৎ নিকখিদ্রবা মীশক অদুনবু
ৱাহৈ ময়ামসিবু—কিবিরমগদ্রা?
কোরস্—মহাকপু—পুথোক্তদবদি, অমতংদি লৈরি।
তাইবংমীগীলক্তা, লাইনা থাবা—
অচুম্বা হায়বতুলৈবা, লাইগী চুত অদু
মথোয়না পুরকলে।
(থোংলোম্নশিংনা শেন্নহুনা মন্নিংতাংবা টৈরিসিয়স্ চংলকই)

ঈডিপস্—টৈরিসিয়স্ নংগী লাইনাথাবা মিৎয়েং
(দৈব্যচক্ষু) গী য়াংমদা করিমত্তা
লোৎপা ওমদে হায়বা ঐখোয় থংই।
মন্ত্র/তন্ত্র মীরমলেন্ লাইরমলেনগী মহৈ পুম্বা
নঙোন্দা লৈবা ঙাকনি। নমিৎমক্লা উদ্রবস্তু,
নংগী থম্মোয়দদি, লৈপাকসিগী ফীভম উরমগনি।
ঐখোয়বু তেংবাংঙম্বা অমসুং কনঙম্বা
অমত্তা ঙায়বা নঙোন্দা ঐখোয়না য়েংলি।
মখোয়নস্ত হায়রম্বা য়ারে, ঐখোয়না ফোবস্
লাইরেম্মদা থারুরে, ময়াথংস্ত পিনবীরকলে।
ঐখোয়গী অরাবা'সিদগী লাম্থোক্নবা—
অমত্তা ঙায়বা পাম্বেদি—
লাইএস হাৎপা মীশকশিংদুবু—ঐখোয় থিদোকপা
অমসুং মখোয়বু অঙাং ওলহনবা নত্রগা
লোয় থাদোকপনি।
অদুনা ইঙো, নংগী হৈজবা পুম্বা খাকপিরমু
—উচেক্কী খুলৌ, নত্রগা অতৈ অতোপ্পা
লাইপাও পিঙম্বা পাম্বে কয়া খাকপিরমু।
মসে নশামক্কী স্তনি থেবসকীস্তনি
অদুগা ঐগীস্তনি।
অশিথনা মাংথোকলবা ঐখোয়পুম্বা—
কনবীয়ু।
ঐখোয়না নংতবু য়েংজরি,
মরোয়মনাও ওইবশিংবু—ঙমজবা পুম্বনা
তেংবাংজবা—
তাইবংমী অমগী থাইদগী পুণ্যচেনবা—

থৌদাংনি।

টৈরিসিয়স্- রাখল লৈবা রাঙাংনি,

অদুবু ওস্থোকপনি, লৌশিংনা তোংজবা ফংদ্রবদা,

অরাবা খাংবনা খাইদগী অশিংবনি।

পুম্নমকসি খংনা খংনা,

ঐনা করিগী কাউথোকলুরিবা—

ঐহাক সুকলাক লাকলমদবনা ফরম্বনিদা—।

ঈডিপস্—নংনা ঐখোয়দা থৌনা অমত্তা

পিরোয়দবগুম্ তৌরে।

টৈরিসিয়স্—ঐ যুমদা হল্লপ্রগে।

নংনা নংগী পোৎলুম পুজবা

ঐনা ঐগী পুজবনা, হেন্নদুম ফরনিদা—।

ঈডিপস্—চেকশিল্লুকো ইঙো। করিগুম্বা

নংনা পাউখুম্ পিরোয় খল্লবা—

নশামকসু মচা ওইরিবা, থেবসকী—

মরুপ অমনি হাযনা নশামকপু

উহঞ্জরোয়দৌরি।

টৈরিসিয়স্--ইঙোগী নরাহৈশিংসে,

অফবনা পোলোয়নগদবা উদবা অসিননি

ঐনা ইশামক্কী চেকশিনগদৌরিবসে।

ঈডিপস্—লাইয়াম পুম্বনা খংসন্নু।

অদোম্না—করিগুম্বা—খংলবদি—

হায়দোক্কবা তৌবীনু—।

ঐখোয়পুম্বা নঙোন্দা হায়জরি,

ঐখোয়পুম্বা নঙোন্দা চংজরবনি।

টৈরিসিয়স—নখোয়পুম্বা অঙাও লাইদুরে।

নখোয়গীস্থু ওইবা য়াবা
ঐগী থম্মোয়মুংগী অয়োনবসে
ঐহাক হায়দোক্নে হায়না খল্লে।

ঈডিপস্—করি? নংনা খংজবা খরদু ফাওবা
হায়দোকলোয় হায়বা? নংন৷ হায়রিসিবু—
ঐখোয়পুম্বা মাইথুহল্লগে অদুগা
নরৈপাক্লা লৈখা তাবা য়েংগে হায়বা।

টৈরিসিয়স—ঐনা হায়বদি, ঐনা নংবু
অমস্থুং ইশামকপুস্থু কনগে হায়বনি
ঐঙোন্দা মখাতানা হংলক্নু—।
মসি কায়দেদা। ঐ নঙোন্দা করিমত্তা
হায়ররোয়।

ঈডিপস্—করি অমত্তস্থু? ঙক্কনবা লরায়মচা—
মুংহুমমচা অমা ফাওবা নংনা শাওহনগদৌরি।
নং শুকহায় হায়দোকলরোয়ত্রা?
পোলোয়ফাওবা নঙক অদুম কল্লগে হায়না,
লেপলেদনা নং।

টৈরিসিয়স্—ঐঙোন্দা চৈবীনু, নশুমাংদুম শিৎলুশা।

ঈডিপস্—মানা হায়রিসে, তাওসে!
অস্থুম্বা রাঙাং; লৈপাকপু অস্থুম্না ইকায়বা পিবদি
রাচুমশুবা মুনি ফাওবা খোয়শাওহনগনি।

টৈরিসিয়স্—ওইফম থোকপদি, অদুম ওইগনি, ঐনা
হায়বা—হায়দবা।

ঈডিপস্—করি ওইগদৌরিবা, নথৌনি হায়দোকপা নহাক্তীদি।

টৈরিসিয়স্—ঐদি মখা ঙাংজররোয়! শাওবিনিংবা
লৈরবা, শাওবিনিংবা অদুম ময়াগনি।

ঈডিপস্—শোয়দবনি ; ইপুকনিংদা লৈবদি,অথিংবা
লৈতনা হায়গনি,
ঐনা নংঙোন্দা হায়রিবসিনি, শরৌশিন্নবা—
অসিদা নংগী নখুৎ য়াওই হায়বসি ঐগী
অচেৎপা থাজবনি।
পুন্নমক অসি নংনা থোকহনবা ঙাকনি।
উনবা নমিৎ পাল্লবা করিগুম্বা
ঐনা খুদোনবী থিন্দুনা তাকলি'সিনি,
পুন্নমকসে নংগী, নংগী নখুৎতনা থোকহনবনি।

টৈরিসিয়স্—অদুম্না হায়নিংব্রা ? অদু ওইরবদি মসিমস্ত
তারো। নচিম্না অদুম্না হায়বা অদুমক্তা—
নকোক অদু কল্লবনি। নুমিৎ'সিদগী হৌরদুনা,
ঐঙোন্দা নত্রগা 'সিদা লৈরিবা কনাদা
রা অমুক ঙাংলন্নু।
নংদি লৈপাক অসিবু মাংহনবা মহপাপী'ন।

ঈডিপস্—অস্তুম্না হায়নবগী নংগী নথৌনা।
নশাদা ইকায়বা অমত্তা পক্রবরা ?
রায়েন চৈরাক্তগী চেনবা য়াগনি
খঙবা শারিবা ?

টৈরিসিয়স্—ঐদি চেল্লেদনা। অচুম্বনা (সতানা) ঐগী
উকল্নি।

ঈডিপস্—কনাগী খুৎফমনো ? মসিদি লাইফাওমক্তি
নত্তেদনা।

টৈরিসিয়স্—নংনা তম্বীবনি। পুকনিংগী মাইয়োক্তা
নংনা মসিবু হায়হনবনি।

ঈডিপস্- অমুক্কা হায়খোনে। অহোবা অমত্তা
য়াওহনগন্নুকো।

টৈরিসিয়স্—'সিবু শেংদ্রিবরনে? নত্রগা ঐবু নৌহৌনা
চাং য়েংলিত্রা?

ঈডিপস্ চিংনবা অমত্তা লৈনিংদে। অমুক্কা হায়খোনে।

টৈরিসিয়স্—ঐনা হায়রি'সিনি, নংনা থিরিবা
মীহাৎপা অদু নশামকনি।

ঈডিপস্- অমুক্কস্ত, অনিরকহন্না। মসিগীদমক্তা
নং মুণ্ডায়রকলোয়।

টৈরিসিয়স্- নংগী অশাওবগী মৈচাক হেনগৎনবা,
অমুক্কা হেন্না পামলিত্রা?

ঈডিপস হোয়।
অণ্ডাওবা চোয়রোল অদু থরদুম হেন্না,
নংনা থংজবা পুম্বা হায়দোকউ!

টৈরিসিয়স্ নংনা তৌরিবা পুম্বা অসি নশামক থংজদবদগী
নংগী মুংশিবীনি হায়বা অমগা লোয়ননা,
পাপকী মশক ওইবা নপুন্সি অমা লেল্লি;
নংদি থংলিরোয়, ঐদি থংই।

ঈডিপস্—অস্মন্না হায়রিবা অসিবু, চৈন্নাক অমত্তা,
ফংল্লোয় হায়না, নং থঞ্জবা শাবরা?

টৈরিসিয়স্—হোয়- অচুম্বা (সত্য হায়বসিনা) করিগুম্বা
কনবীবা ভম্বগী পাঙ্গল লৈরবদি—

ঈডিপস্—অচুম্বমকনি, লৈ—অদুবু নংগীদমক্তদি নত্তে,
নত্তে, নত্তে, নংগীদমক্তদি নত্তে;
মাইথাবা, পেংচোয়বা, মিৎযুবা, অণ্ডাওবা—
মুণ্ডাওবা!

টৈরিসিয়স্ —অস্থুম্বা মীচৈশিং পিবগীদমক্তা, মুংত্থুম্ মুংশিবী
মরমদি, নোংমদি মীপুম খুদিংগী মীচৈনা
নথক্তা হৈথররগদবনি।

ঈডিপস্ —খৈনায়রবা অমম্বদা হিংবা নং, নরগা
মঙানবু মশক খংবা মী অমক্তনা ঐবু
মাংহনবা ঙমলোয়।

টৈরিসিয়স্—অওইবনি, নংবু নমথগদৌরিবদি ঐ নত্তেনে।
মদুদি রাচুমশুবা এপোলোগী
মখুত্তা লৈরে, মানা পাংথোক্কদৌরিবনি।

ঈডিপস্—( পাওখোল্লোয় ওইখিবা ক্রেওনগী মরী খরা লৈরমগন্ত্রা চিংনজনা )
ক্রেওন ! মাগী থৌইনশিল্লা করিগুম্বা নংগী
নরবদি।

টৈরিসিয়স্—ক্রেওনগীসু নত্তে। নংগী য়েরুবদি—
নশামকনি।

ঈডিপস্—( মশাগী রাখল পরিং )
ওম্লোকপনি। লনথুম অমসুং অচাও অরম্
কাবা, অদুগা লৌশিং অমগী মাইয়োক্তা
লৌশিং অমনা লাম্বা তৌবা,
পুন্সি—লমজেল অসিদা মথোয়শিংসে
কল্লক মিহৌবগা খুৎশমনগদরা? মতম শাংনা
চান্নরকলবা, ঐগী খ্বাইদগী থাজরবা ইতাও,—
ক্রেওননবো! নারোন্দগী ঐবু ইস্নুরবা অদুগা
নিরুবা তৌদনা ইতিং তিংনা লৈপাক অসিনা
ঐঙোন্দা পিবা পাঙলবু লোথোক্লবা, ওইজবদনা
মিৎ লাওনা পাং; অদুগা লাইফাওদনা মিৎ
উইশিন্দুনা—, মীনম শোরিনরবা, মিত্রংশনমথাক

লয়োনবা, চিরোন মখোং পানবা—অসিবু ঐভোন্দা
থাজিনলকব্বি।

( টৈরিসিয়সভা ওনশিন্দুনা )

নংনা পোংজবা নংগী হৈশিংবা অদুনা
কবিবু কায়গদগে ?
ছই-মায় পানবী হেল্লোয়না 'সিদা লাকলম্বা মতমদা,
নংদি কৈদা লৈরুই—।
ঐখোয় মীয়ামগী, অমা কোকওম্বা ব্রাহৈ
অমা ফাওবা কাংদবা
কাবকপা লৌশিংনা ফোংওমদবা পাউখোংনি অরুবা
রাখল লৈবা কনানা ফোংকম খোকপনি,
অদুবু, লাকখিদে পাউখুম মত্তা নংডোন্দগী,
উচেক্কী ময়োল খংবা, লাইগী লাইয়োল খংবা পুম্বা
লৈখি, তুমিন্না ময়োল থোক্তনা।
পংদায় শুদায়নরবা ঈডিপস্
ঐ—শুপ্নতগী ঐ লাক্লিফাও—।
ঐ লাকলে, রায়েমশুবগী মচিন মেন্নে,
উচেক্কী ময়োল খংবসু নত্তে,
স্বপ্নগী ইমানা পিবা, অচুম্বে ( সত্যগী )
খুৎলাই শিজিন্নদুনা॥
ক্রেওনগী তাংবন নাক্তা লেপচনিং
মখুভম্ লৌথোকপিনিংবা
নিপাদো ঐহাকনি।
চিয়োল্ল মখোং পান্দুনা চেল্লবা
নং অমসুং নংগী খোংলোয়শিং
নিংওম্লকলোয়কো, নখোয়পুম্বা

থৌনা ফরুবা 'সিগীদমক্তা—।
নশা অঙাং নত্রেনা,
চৈরাক ফংলবতদা লমচৎনাইদবা 'সিগী,
পাংগনি নমিত্তো শোয়দনা।

**কোরস্**—ইঙো, ঐথোয়না খঙবদি,
অনিমকনা ঙাংনরিবা অসে
অশাওবনা মাংওইনবা ওইনা তৌরে।
মপুগী ময়াথংদি হিকতোকহৈদবা
পাংথোকসিগে করম্না—খল্লিঙৈ খ্বাইনা,
সুম্না তৌবিবদি হৌনদেদনা।

**টৈরিসিয়স**—নিংথৌ ওইজনবসু, অ:দাম্না;
পাউখুম পিবৈ লৈবনা অবিকার,
অঙ্গানি, ঐখে'য় অঙ্গা,
তৌরি অসুম্না, ঐনা দাবী -।
ঐদি অদোমগী নখা পো'ন্দেনা,
অমরোমদা, অচুম্বে লাই, এপোলো
নত্রগা ক্রেওনগী মীনুংসিনা
নত্তেনা হিংবসু।
মিৎতাংবা ঐবু নোক্নবনা
ওইরি নংগী অপেনবা।
নংদি নমিৎ পাল্লি নিংথিনা,
অদুগা ঙমদে নমিৎশিংড়ুনা—উজবা
তারকপা নংনা লৈখা।
কনাগা নংগা খোংলোয়নরিবা
ঙমত্রা নংবু উজবা, ন'মংশিং অদুনা।
নংবু কনাগী মচানো?

ঐনা হায়রিবা অসিনি
নংদি মীরমলেন অসিদস্থ
লাইরমলেন অনিমক্তা
অরানবা তৌরবা পাঙ্গীনি, খংজদ্রবস্থ নশামরা।
নমা অমস্থং নপা অনিমক্কী শাপকী
ময়া অনি পানবা থাংনা,
লমদম অসিদগী নহাকপু
খুৎলৈ থুনা নোংমহল্লগনি।
মতম অত্নুদদি মমিৎ পানবা খুদিংগী,
মমিৎ তাংথ্রগনি
লুহোং ঈশৈগা লোয়ননা
আশাগী সংসারদা খোংদাবনি নংনা খঞ্জরুবা
অরাবগী অরাবা ঙাক্কনি নংনা খংলকপা
নংনা পম্থৌ কৌজবা মীওইশিংগী
মশক শেংলকপা মতাংদা
নংগী খোল্লাও খুদিংদা•
মনাকোং মেন্না ৈগদবা
খোম্থাং হৌনা য়েরোয়দবা,
সাইথেরিওনগী অচিকপা কোৎনি লৈররোয়।
ঈডিপস্—ঐবু অমুক থাংহনা লৈখারা?
মিৎয়েং রাংমা লানখ্রো।
চৎখ্রো! থুনা চৎখ্রো!
নহন্‌ফমদা থুনা হনখ্রো চৎখ্রো!
টৈরিসিয়স্—ঐ শোয়দনা চৎকনি!
নংনা পামজবদগী ঐ 'সিদা লাকপিবনি,
ইবুক থোক্কীদি লাকপা নত্তেনা।

ঈডিপস্—সুন্না অঙাও চোয়রোল তানি খংলম্লবা
নংবু কৌবগী অৱাবা অতু ঐহাক
লৌরমলোয়দবনি।

টৈরিসিয়স্—নংঙোন্দদি, ঐসি অঙাওবা ওইনা উরমগনি।
নমা নপানদি, উরমলোয়।

ঈডিপস্—করি হায়বা ? ঐগী ইমা ইপা হায়বা ?
অদুদি—ঐবু পোকপশিংদো কনা কনানো ?

টৈরিসিয়স্ - নংগী পোকফম শাংফম খংবা মুমিত্তো
নংগী অরোয়বা মুমিৎসু ওইগদৌরিবনি।

ঈডিপস্—নংগী ৱাঙাংশিসে, পাউখোং ওইনা
'সুম থমখিগদ্রা—?

টৈরিসিয়স্—পাউখোং ফোংবদা হৈবগীদমক্তা
নংবু নমিং চৎপা নত্রা ?

ঈডিপস্- ঐগী চাওরবা ইগুনসিদা নংনা করেম্নরি ?

টৈরি সয়স্—নংগী চাওরবা নৱাইবকথিবা
অদুগা নংগী লৈখাতাবা।

ঈডিপস্—কৈদৌচরনি !

মাংতাকলম্লবা লৈপাক 'সিবু ঐনা কল্লে।
মসিনা ঐহাক পেল্লে।

টৈরিসিয়স্—ফরে, ঐ চৎলে। অঙাং, ঐগী খুৎসে
শমউসে। ঐবু য়ুমদা পুউ।

ঈডিপস্—ঐখোয় মাবু থাদোকগ্রসি।
ময়ুম ফাওবা থিনবীরুচো—।

টৈরিসিয়স্- ঐনা পুম্নমক হায়দোকলবনিনা, নমাংমক্তদা,
নংনা করি তৌরক্কদগে হায়বা করি'মত্তা ফাওবা
কিবিদনা ! করম্বা মী—নংনদি লাইএসপু

হাৎপনি হায়দুনা কোয়লাও লাওরিবা—
মীতোপ শারদুনা মীশক অদো 'সিদা লৈ।
অদুবু পংকুইদি কুইররোয়; মহাক অসি থেবান্দা
পোকপনি হায়বসি খংলকলনি, অদুগা মশাস্থু
মাংজরনি। মমিৎ পা'না (য়াওন) লাকপা মহাক্না
মমিৎ তাংদুনা হনখিগনি, হৌজিক্তি ইনাক য়াম্না খুল্লি;
মতম অদুদদি, চাকনিবা ওইদুনা, মখুত্তা
চৈশু পায়, মাবু লোয়থাগদব' হাওজাংবর তান্না
মা-মাদুনা চৎখিগনি।

মানা লুন' চান্না তৌজবা অঙাংশিংগী
মপানি হায়না খঞ্জরুবা, ময়াম্বনি
হায়ন খংলকল্নি; মাবু হেক্ পোকপী
মুপী অদুগী মচাস্থ ওইবা মপুরোযবস্থ ওইবা,
মপা হাৎপা, ওইদবা পাম্বৈনা মপাগী মফমশিনবা।
চংহৌরো, হায়রিবশিং অসিগী মরমদা
রাখল তৌজোশা।
ঐনা হায়রিবশিং অসি অয়ানবনি
হায়না ফাবা ঙমলবা, (ঐবু)
মিৎতাংবা হায়জোশা।

(পোকখিবা)

কোরস্—ডেলফিন চীংদগী, ঈশ্বরগী খোঞ্জেলনা
—ঈ হাথহনবা, শকপান্নদ্রিবা থবক পাংথোকপা
মীশক অদুবু শাপ তৌরি।
মী অদুবু কনানো?
মুংশিংকী মমাং থাদুনা,
খুরুপ থোদুনা মহাক লাকসনু।

জিএসকী মচানুপানা, মৈবুল নোংমৈশিংজং
পায়দুনা
মাং-তাকহন্নবা চোংথরকলে ;
অদুগা, লাইবক কৌবা লাইগী শোয়নাইদ্রব।
খোংফমনা মাবু কোয়শিন্দুনা থমলে।
লোৎতুনা লৈবা মীশক অদু পুথোরুবা
উন্না কুপ্ত্নুনা লৈত্রবা পারনাসস্ চীংদগী
য়াথং নোংথাং কুপলকলে।
মহাকপু কৈদা চৎপ্রবগে ?
উমংদা নত্রগা লোকচপ্তা,
মপাং য়াওদবা খোংহায়দা,
লমশন অঙাওবনা চীংজাওদা চৎপগুম
কোয়না চৎলি ;
অদুমনদি ওইরগা মুৎনায়দ্রবা খোঞ্জেলদুদি
মনাকোংদা লেংদনা লৈরি ; (ভংলি)
পৃথ্বী লৈমায়-মুংদগী মাবু থিনা চৈরি,
লাইগী দূতনা হায়রম্বশিং, অকিবগী মশকনি।
ঐখোয়না থাজবসু ভমদে, ককপসু ভমদে
পুম্নমক মম্মী।
ঐখোয় কিব'দি কি অদুবু ঐখোয় উবদি ভমদে
মাংদা লৈ'রিবা করি
লম্বাকসকী ইমুংগা, পোলিবসকী মচাশিংগা
থৎনখিব্রনে ?
ঈডিপসকী মিংদা থিহন্নবা
নত্রগা থিফম থংদ্রিবা অশিবদুগীদমক্তা
লম্বাকসকী শাগৈবু লম্মন থুমনবা
ঐখোয় কনা'মক্তা থংদেনা।

পৃথ্বীসিগী অরোনবা পুম্বদি জিএস্
অমস্তুং এপোলোদি থংই—
অদুগা শিবা-নাইবা লাইগী দূতশিংগী
মরক্তুদি, অমনা, অতোপ্পা অমদৈ থংবা
হেল্লি কনানা হায়ঙমদে—। মরমদি—
রাখল হায়রবসিদি মখোয়গী মরক্তা
অরাৎ অহেন নাইনা লৈ।
অরানবা অদু প্রমাণ ফংদনদি
ঐদি কনাস্থ মরান শিনিংদে।
মশাপানবী হেলোয়দুগা মাইয়োক্লদুনা
মাগী চাংয়েং খাংলকলবনি
অদুগা লৈপাক্কী য়াইফ মত ফংলবনি
মরমদুনা, মাবু অফবা অমা ওইনা
লৌবা নত্তনা শেরান্নবা লৌবদি
ঐগী থম্মোয়না স্থকয়া য়াদে।

( ক্রেওন চংলকপা )

ক্রেওন—প্রজাশা !

নিংথৌ ঈডিপস্‌না, মী মাংবা য়াবা
মরানবু ঐঙোন্দা শি হায়য়েনা;
ঐ মসি খাংবা ঙমলোয়।
অস্থক চৌরবা তাংকম অসিদা,
থবক্লা নত্ত্রগা রাহৈনা
ঐনা মাবু মাংনবা তৌই হায়না,
মানা থল্লবা, ঐ হিংগ্ররোয়।
'সিগুম্বা মিংদা থিবা অসি তানবা
পুন্সি অসি শাংবু শাংমনগ্রে।

ঐবু লৌতুনবনি হায়না
নখোয়না, ইরুপচাশিংনা ইরৈপাকসিনা খল্লবা
মতু মিংদাথিবতা নত্তে, হকচিনমনগ্রবা
মী মাংনবা তৌবনি।

কোরস্—ঐনা খনবদি, রাইহেশিং অসে
অশাওবনা মাংওইনদুনা, রাখল তৌদনা
ভাংথোকখিবা মাল্লি।

ক্রেওন– অদুবু ঐনা ইনশিন্দুনা,
লাইগী দূত অদুনা মীনম্বনি
হায়দুনা, মানা হায়খিব্রা?

কোরস্—মানা হায়খিবমকনি,
করি খঙবা লৈদুনা হায়খিবা
মদুদি ঐ হায়বা ঙমদে।

ক্রেওন– মমিৎ মনা করিমত্তা থগৎতনা হায়খিব্রা?
ঐঙোন্দা শিরিবা মরান অসিবু
তৌগে হায়বা য়াওনা তৌরিবরা?

কোরস্—ইনিংথৌগী শকফমদি ঐদি য়েংহৌদে
অদুবু মহাক লাকলে।

(ঈডিপস্ চংলকপা)

ঈডিপস্– ঈঃ ইবুঙো? করি থবক্তী 'সিদা?
ঐগী থরায় লৌনবৈ লৌতুনবগী প্রমাণ ফংলবা
ঐগী লুহুপ হুরানবা, নংনা
ঐগী থোংজিন্দা লেপলবা
নমায়দু পান্দ্রা হৈ – ?
ঐবু অয়ম্বনি নত্রগা অপংবনি হায়না খনব্রা?
বুদ্ধি শোয়রোদ্রবা হোৎনবা, লৌতুনবা য়েংনবা

ইমিৎ পাল্লিংলমগনি খনবরা ?
কয়াদা পংথ্রবা শরৌনোসে।
নরুপচা, নত্রগা শেনগাওস্ত য়াওদনা
নিংথৌ খুভম্তু নংনা তাম্নজবা শারি।
নিংথৌ খুভম্ হায়বসিদি
মী অমত্তুং শেলতনা ফংবনে।
ক্রেওন—ঐগী পাউথুম তাখো খংলবা তুংদা
নংনা বিচার তৌজো।
ঈডিপস্—নংগী লৈতোনফবনা, ঐবু পংহেন হেন্না
তম্মীগনি হাযবা, ঐ চিংনৈ।
নংসে ঐগী খ্বাইদগী খারবা য়েরুবনি
হায়বা ঐ খংই— ।
ক্রেওন—অহানবদা, ঐ নঙোন্দা বা খরা হায়খিগে।
ঈডিপস্—নংসে নপুকশেংই হায়বা নত্তনা
অতৈ পুম্বদি হায়বা য়াগনি।
ক্রেওন—ঙকচাওথেকপা অসিনা,
নংঙোন্দা তোংজগনি হায়বা নং থাজত্রা ?
ঈডিপস্—নয়ুমগী মাইয়োক্তা শরৌশিন্দুনা 'সুম
লৈগনি অদুগা নাম্থোক্তুনা চেনবা য়াগনি
হায়নদি নং থাজত্রা ?
ক্রেওন—মদুবু থাজরবদি ঐদি পংলেদনা।
অদুমওইনমক, নংগী মত্তা ঐনা
নংগী মাংনবা করি তৌখিবগে হায়বদো,
হায়য়ু তাশিদনা।
ঈডিপস্—ওইদ পরেং ঙাংবা লাইগী দূত অদুবু
ঐনা 'সিদা কৌরুরিবসি, নংনা নত্রা ?

ক্রেওন—মানি, অদুগা অমুকস্তু হন্না ঐনস্তু
কৌকবা তারি।

ঈডিপস্—লাইএস্ কীদুবু কয়া কুইরবা
ঐঙোন্দা হায়যু।

ক্রেওন—লাইএসকী হায়বদে..... করিবো ?
ঐ ভাব তাবা ঙমদে।

ঈডিপস্—লাইএসনা মাংখিবা অদুবু কয়া কুইরবগে
হায়বা ?

ক্রেওন—কুইরেনা ; ঐনা হায়বা ঙম্বদগীদি
যান্না হেন্না কুইখ্রেনা।

ঈডিপস্—মতম অদুদস্তু হমুবা লাইগী দূত-অসি
মাগী শিনফম অদুম ভৌরমত্রা ?

ক্রেওন—হোয় মতম অদুদস্তু হৌজিককুন্না
ব্যবহার চপচানা অদুম ভৌরম্মী।

ঈডিপস্—মতম অদুরাইদবো, মানা ঐগী
ইমিংবু পনখিত্রনে ?

ক্রেওন—ঐ ফাওবদি তাহোদে।

ঈডিপস্—অশিবা অসিগী মরমদা করিমত্তা
থিগৎনখিদবরা ?

ক্রেওন—থিখি। অদুবু অরেম্বা তাখি।

ঈডিপস্—রাখল লৈবা মীশক অসিনা মতম'দুদা
করিগী তুমিন লৈখিবা ?

ক্রেওন—ঐনা খংজবদগী থোয়না হেন্না
ঙাংফম থোকই হায়না খল্লদে।

ঈডিপস্—অমখক্তংদি নং খংই ; মদু নং ম্রাথোকপনা
অশিংবা ওইগনি খল্লি।

ক্রেওন—ঐনা খংবদুদি নিংতম্না য়াথোক্কনি
অদুবু, ঐনা খংই হায়বদুবু করিনো ?
ঈডিপস্—মদুদি সিনি ; নংনবু ইশিনদ্রবদি
কিথুম পুবা অদুনা লাইএস হাৎপা
মীশক অদু ঐনি হায়বসে অদুক থৌনা
ফনা হায়রমলোয়।
ক্রেওন—মানা করিগুম্বা হায়রমলবস্থ, মদুগী
মরম নংনা হেম্না খংলমগনি। অদুবু
নংনা ঐঙোন্দা বাহং-পাউহংলবনিনা
ঐস্থ নংঙোন্দা হংনবগী য়াথং পিবিয়ু।
ঈডিপস্—হংউনে। ঈদুগী মরানদি ঐননি হায়বা
প্রমাণ তৌজববু ঙমজরোয়দা।
ক্রেওন—নংবু ঐগী ইচেগী মুপারনে ?
ঈডিপস্—হোয় মানি।
ক্রেওন—অদুগা রায়েন থোঁদাদা অমস্থং লন-থুম
খুদিংদস্থ নংগা চপ মান্নবা শরুক য়াবা !
ঈডিপস্—মানা পামজবা 'পুম্বা অদুদি মাগী
অধিকারনি।
ক্রেওন—ব্যবহারগী মতাংদনা অহুমশুবা মীশক ওইনা
ঐগীস্থ চপমান্নবা অধিকার লৈব্রা ?
ঈডিপস্—নংগীস্থ লৈ ; প্রমাণ চপচানা ফংলবা
নংগী অরানবা অসিগীদমক্তা য়াম্না
হেন্নদুম লৈরে।
ক্রেওন—অদুবু ঐদি স্থকয়া য়ানিংদে।
ঐগুম্না নংস্থ নথস্ত বাখল তৌজো।
অদুগা নিংথৌগী থাকয়োনা লৈরবা

ব্যবহারগা লোয়ননা; ইংনা মরাতপ্পা
পাল্লিবা পুন্সি অমবু
তপথফম খংত্রবা সিংহাসন্ অমগা
ওস্থোকনবা করম্বা মীশক্লা পামগদ্দগেনে,
হংবীয়ু?
মমিংত ওইনা নিংথৌ ওইবদি
ঐগী অপাম্বা নত্তে—
নিংথৌগুম্না লেনবা পুন্সি অদুনা
ঐগীদি ওকচরে।
য়াইমরপ ওইনা আশা তোবা মীওই অমগীদি
করিবু হেন্না পামলুফম লৈবগে?
ঐনা মরমচানা হায়বা পুম্বা তাবিগদবা
নংগী সনা নাকোং ঐগী ওইনা লৈজে;
অদুবু ঐনদি য়াম্না
হৈনজখিত্রবা কয়া, নংগী নহুত্তা,
ঐনা পাংথোকপা তারি।
অনুতাপ য়াওদনা রায়েনবা
অমম্তুং নিংথৌগী অচাও-অরম কাবা
অদু নত্তনা, নিংথৌখুভম্তু ঐনা করিবু হেন্না
কল্লকচরুনি।
ঐডোন্দা কৈ হায়না খনবা ব্যবহারদগী
হেন্না পামশিনবা অভাওবা অমদি
ঐহাক ওইদ্রি।
মীপুম খুদিংমক্লা ঐবু মুংশিবী
অদুগা ঐসে মীপুম খুদিংমক্কী মরুপনি।
মঙ্গল ওইনবগী শোয়ফত্রবা লম্বেল

খংলবা নংগী নরাইহেত্তবু ভারগা লোয়রে
হায়না খনবশিং অদুনা, ঐবু অমুক
থিরকইবা করিগীনো ;
অদুগা অতোপ্পগীদমক্তা, ঐগী পুন্সি অসি
হোংক্ষম থোকপরা ?
নত্তেদা ;
অপংবা অমা নত্তনদি অস্থক য়াম্না
থাজবা রাংক্ষম থোক্কেনা।
নিংথৌশেম্বা হায়বা ?
মদু ঐগী থৌশীল নত্তে,
নত্রগা, ঐনা করিগুম্ব, খংবা ভারবদি
ঐগা তিন্নবা মরুপকীস্থ নত্তে।
ঐবু পরীক্ষা তৌবা তারবদি
অহানবদা, পায়থিয়ানগী খুভমদা
চৎপিরু ; ঐনা পুরকপা পাউজেল অদু
চুমত্রা হংবিরুচো ;
অনিশুবদা কিথুমপুবা অদুগা লৌতূনবগী
ইরান্ লৈরে হায়না প্রমাণ তৌবীয়ু।
অদুদগীদি ঐবু চৈরাক পিবিয়ু, অঙাং ওলহনবীয়ু।
চৈরাক পিবগী য়াথং ভাওথবা অদুদা
ঐগী খোজেলস্থ য়াওজগে।
অদুদি নত্তনা অমম্বদা চিংনদুনা।
ইভুংদা পংহায় হায়জিনবদি
ঐ স্থকয়া য়ারোয়।
য়ুক্ষম য়াওদবা রাকমদা
অফবা মী অমগী মমায়দা

হামুক তৈশিনবা মরান্‌ অমনি;
অদুগা ফত্তবা মী অমবু
অফবা অমা ওইনা লৌবশিন্থ
রাখল থেনবগী মরান্নি।
থাজগ্রবা নরুপ অমবুস্থ কাউথোকউ,
অদুগা নপুন্সি অদুস্থ, অমস্থং নংগী
লুনা থমজগ্রবা নপোৎ-নরলস্থ কাউথোকউ।
মতম্না অচুম্বা অসিবুদি তাকলক্কনি,
মরমদি মপুকশেংবা মী কনানো
হায়বদো প্রমাণ তৌগদবদি স্থপ্নতগী
মতম-তনি নোংমা নত্রগা নোংমদি
পাপী অদো কনানো হায়বা
মশক তাকচরক্কনি।
কোরস্‌—ফজরবা ৱাহৈ ঙাকনি; অশিংবা মীনা
তাবদা অমস্থং তাহনবদা মতিকচারবা।
অথুবা রাখন্দি, মহৌশানা কয়া
খুদোং চাগন্দে।
ঈডিপস্‌—মরুপ! লৌতুনবা অমনা থবক থুনা
পাইখৎলকলবদি মদুগী মাইয়োক্তা
থুনা লৌতুনবস্থ থ্বাইদগী খুদোংচায়দনা।
ঐগী খুদোং চাবনা অস্থম অস্থম মাংখিবা,
অদুগা মাগীনা অস্থম অস্থম ফংখিনবা
ঐনা স্থম ফদুনা, মাবু ঙায়দুনা
লৈথোকখিগদরা?
ক্রেওন—অদুদি নংনা পামলিবসিবু করিনো?
ঐবু লোয় থাবিগে হায়রিরিবরা?

ঈডিপস্—মদুদি নত্তে। লোয় থাবগী রাদা নত্তে,
অঙাং ওলহনগদৌরিবনি।

ক্রেওন—করিগুম্বা নংঙোন্দা ঐনা লানথিবদু
উৎপা ঙমলবদি ....

ঈডিপস্—নঙক কল্লবা, নংগী মরৈ অদু,
অদুম চথদুনা লৈরিবরা ?

ক্রেওন—ময়মদি, নংহাক্না লাল্লি হায়বসি ঐ খংই।

ঈডিপস্—ঐনা চুম্মী হায়বসিনা, ঐ খংজৈ।

ক্রেওন—নং নশাগী মিৎয়েংদা ওইরম্বা য়াই,
ঐগীদদি নত্তেদনা।

ঈডিপস্—নংদি পুকফত্তবনি।

ক্রেওন—নংনা লাল্লমলবদি কমদৌবা ?

ঈডিপস্—নিংথৌদি লৈপাক ঙাকপা শোয়দবনিনা।

ক্রেওন—মথোয়না মরমচুমদনা রায়েল
থৌদাবা মতমদদি নত্তে।

ঈডিপস্—থেবস ! ঐগী প্রজাশা !
মানা হায়রিবসে তাওসে।

ক্রেওন—নংগী হায়বা ? মাবু (লৈপাকশিবু)
ঐগীদি নত্রবরনে ?

কোরস্—ইবুঙ্গোথোয় ইবুঙ্গোথোয়, ওকলে।
মহারাণী জোকাস্তা মফমসিদা লাকলেসে।
খৎনরিবা অসি তায়শিনবা মহাক .
খরদি ওম্বা য়াইনা।

(কোদুংদগী জোকাস্তা থোরকপা)

জোকাস্তা—খৎনবা পামগন্বা মুপাশা,
খোঙ্গেল অম্মুকহৌনা মরৈ তৌনরিবা

অসিগী মরম করিনো? অসুক রারিভৈ
তাঞ্জাসিদা নংখোয়গী নরম্নাই মুণ্ডায়নদবা
পুথোক্লবা অসিবু ইকায়দ্রা?
ঐদি ঙকইয়ে। ঐগী ইপুরোয়বা,
চংবিরকলো। অদুগা ক্রেওন নংসু
নয়ুমদা হনগ্রো। করিসু লৈতবা
রাফমদা, য়াম্না চাওনবু ঙাংনগ্রেদা।

ক্রেওন—মদু নত্তেনে ইচে। অঙাংওলহনবা
নত্রগা লোয়থাবা হায়রবা দণ্ডিশিং
অসিগী মরক্তা অমা পিবা য়াবা মরাল
অমা, মরম ইরে লৈতনা, নংগী নপুরোয়রবা
ঈডিপস্না ঐঙোন্দা শিরি।

ঈডিপস্—অশেংবনি।
য়াম্না মরৌ লৈনা ঐবু হাৎনবা
লৌতুনবগী মরান মঙোন্দগী ঐ ফংলে।

ক্রেওন—অসিগুম্বা থৌশীল অমগী মরাল
ঐঙোন্দা লৈরবা, অদু ওইরবদি ঈশ্বরনা
ইথক্তা শাপ পুম্বা হৈথবা ওইসনু।

জোকাস্তা—ঈশ্বরবু নুংশিদুনা, মসি থাজোনে
ঈডিপস্।
মহাক্না শকল্লিবা রাশক, অদুগা,
মফম অসিদা সাক্ষী ওইনবা লৈরিবা
ঐ অমসুং মখোয়গী রাশক ময়াম্ য়েংদুনা,
থাজবীয়ুনে।

কোরস্—য়াথোকলো, হে নিংথৌ, য়াথোকলোনে
থৌজাল হৈয়ু, অমসুং য়াথোকপসু তমউ।

ঈডিপস্—অদুগা ঐদি করিগীদমক্তা অনুতাপ
        তৌগদৌরিবনো ?

কোরস্—মাগী রাশক অসিনা মাগী চুঙ্গোয়নি
        মাদি নমাংদা কৈদৌঙৈদসু
        মীনমখিদেনা।

ঈডিপস্—নখোয়না হায়জ নোঙ্গরিবা 'সিগী
        মরমদি খংলব্রা ?

কোরস্—ঐখোয় খংই।

ঈডিপস্—খরগা হায়খোদনা।

কোরস্—মানা মরুপ য়েংদুনা রাশকলে।
        করিনত্তবা রাকম অমদগী
        মরুপ অমবু তাখিদ্রিবা চৈরাক
        পিদুনা, কাউথোকপা চুমব্রানে ?

ঈডিপস্—নখোয়না অসুম হায়বসিনা,
        ঐবু লোই থাগে নত্রগা অভাং ওলহনগে
        হায়রেদনা।

কোরস্—রাখল অদু থাদোকউনে। পুন্সিবু শেম্নরিবা ঈশ্বর,
        মুমিৎকোবা লাই য়েংদুনা, রাখলদো থাদোকউনে।
        করিগুম্বা মদো ঐগী রাখল ওইরবা, ঈশ্বরগী
        মফমদা অমসুং তাইবংমীগী মফমদা ঐসে
        মাংজগ্রগে।
        ঐখোয়গী মীয়াম্না থরক হুনগৎনরিবৈ,
        ইনিংথৌ ইবুঙ্গোনা, নিংভায়শাংদনদুনা
        ময়ামগী অরাবা অসিগী মথক্তা
        নৌনা অমুক হাপকৎপিরবদি,
        ঐগী থম্মোয়সে নৌনা কায়দোরে।

ঈডিপস্—ইকায় ফীরুকনদুনা, করিগুম্বা ঐহাক
অঙাং ওনবা তারবস্তু নত্ত্রগা লোইদা
থাবা তারবস্তু; ফরেনে, মাবুদি চৎহনখোদনা।
নংগী নরাহৈনা ঐগী থৌজাল ফংজরে,
মাগী মরাহৈনদি নত্তেকো।
মাদি, ঐগী পুন্সিগী য়েক্লবা ওইনা
অসুম লৈরগদবনি।

ক্রেওন—থৌজাল ফাওবা, হকচিনবা অশাওবগা
শাগোম্নবদি,
মকন্থিনা মরীক ফোইদৎপা হায়বা
লাইনাদু লাইচুবনিকো।

ঈডিপস্—নংহাক চৎখিরোইদরা?

ক্রেওন—চৎরনি, অচুম্বা মশক খংদবমখৈ
নংদি নথন্তুনা বিচার তৌজরেদনা।

(থোকখিবা)

কোরস্—থেমজিল্লুনে, ইবেম্মা ইনিংথৌবু ওহাক
তোঙাম্না চৎখিনবা থেমজিল্লুনে।

জোকাস্তা—করি রাহৌদগী তৌনরিবনো?

কোরস্—ফৈরেং তুরেং পংচিং চিংনবনিদনা
অদুগা মরম অমত্তা হেক লৈতবমখৈ
খংনবগী মৈ অদু অসুম থাগৎলকপনিদনা।

জোকাস্তা—অমনা অমবু হুম্নদুনা
অরানবা শিনরিবরা?

কোরস্—মদুমকনিনে।

জোকাস্তা—করিগীনো হায়বা?

কোরস্—অমুক হংবিরমুনে,

অরা মৈখু লাংলবা ইরৈপাক 'সিগী
ইকায়বা অসে ওকলেনে।
লৈনরিবা ফীভম অসিদা, অসুম
লৈবনা হেন্না ফরনিদা।

ঈডিপস্—নখোয়গী থৌ-লাং অসিনা তাইশিন্নবগী
অচৌবা থৌদাং অমা য়ারি, অসিনিনে।

কোরস্—অদুম ওইনমক, তাবিখোনে। হে নিংথৌ;
ঐখোয়বু অচুম্বা ওইনা শ্বোনে।
ঐখোয়গীসিবু ইচম চম্না লৌবা য়াগদ্রা?
মরমদি মাগী জ্ঞান্না, অশাওবনা
থল্লবা মুমিৎশিংদা ঐখোয়গী লৈপাক
অসিবু কল্লকলিবনি।
অদুগা নোংলৈ মুংশিৎ কয়া লান্দুনা।
মাগী মখুৎনা ঐখোয়বু শান্তিগী
লমদমদা অমুক পুগদৌরিবনি।

জোকাস্তা—ঐঙোন্দা ফাওবা হায়দোকলরোয়দ্রা
ইবুঙো? মাবু অসুক তমথিনা
তুকচরিবা অসিগী মরম্বু করিনো
হায়বদো ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়বীয়ুনে।
নফমদা ঐহাক চংজরিবা 'সিনি।

ঈডিপস্—শোয়দনা হায়গনি। ঐঙোন্দদি নহাকসে,
পুকফবা ময়াম'সিদগী য়াম্না হেল্লি।
ক্রেওনগী মরাল্‌নিনে, মানা ঐগী মাইয়োক্তা
শ্বোতুনরিবনিনে, শরৌ শিন্নরিবনিনে।

জোকাস্তা—করম্না মাগী ওইরিবা? করম্না মরাল
শিরকলিবনো?

ঈডিপস্—লাইএসপু হাৎখিবা অদো ঐনা তৌবনি,
মানা হায়রিবা।

জোকাস্তা—মশামকা খংবনরা নত্রগা মীগী
পাউদমদগীরা?

ঈডিপস্—মতুদনিদে মাগী ফত্ত লৌশিংনা লৈরিবসে,
শারমচং মাংওইনবা, কিথুমপুবা
অমবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরগা
মানা মরুম থুপতুনা লৈরিবনিনে।

জোকাস্তা—অদুদি খুদক্তা চিংনবা পুম্বদো কোকপিরো।
মরমদি লাইরোল অদুগী মনুংগী অর্থ মী
অমত্তুনা খংলোয়, ঐদি হায়বা ওমজগনি।
অদুগা ঐঙোন্দদি প্রমাণশু লৈজে। ফোবস্
কৌবা লাইদগী নত্রগা মাগী দূতশিংদগী
—লাইএস্তা পিবা লাইবাও অমা লৈ
মতুদি মাগী মচাগী মখুত্তা—মচা হায়বদি,
ঐগা মাগনা পোকপা—মহাক শোয়দনা
শিগনি হায়না। করি থোকপ্রে? ময়াম্না
খংনরিবা 'সিমওায়, লম্বী অহুম কাংবদা,
লাইএসপু, হুরানবা খুৎপু খরানা হাৎপ্রে।
অদুগা অঙাং অদুগী মতাংদনা, পোকপা
মতুং মুমিৎ হুমনি শুত্রিগৈদা মখুজেংদা
য়োৎশিংগোৎনা পুংজৈ য়ৈরগা অহাংবা
চীংগী চীংমাইদা শিজপ্রসমু হায়দুনা মানা
হায়বদি মাগী মনাই মশক্তনা লংশেকল্লুরবনি।
মরম অদুনা থোকপ্রিবসি এপোল্লোগী
থৌইশিন্না নত্তে। মচানা মপাবু হাৎখিবা

করিস্থ লৈতে। মপা অদুদি মশাগী
হেক কিমনবনা মীনা হাৎখিবনি—মচানদি
নত্তে। লাইগী লাইবাও হায়রবু 'সিনি। অদুনা,
মখোয়না হায়বদা করিগী অদুক মুংনাংবিগদৌরিবনো?
ঈশ্বরনা করি তমলিবা হায়ব। 'দুদি
মতাং চারকপদা মানা অদুম উৎচরকনি।

ঈডিপস্‌—ঐগী মহারাণী নংনা তমখ্রিবা অসিনা
ঐবু মুংনাংহল্লে। ঐগী থরায় অসে হক্তানবগুম্‌
তৌরে...... অদুগা
করিগুম্বা অমনা ঐবু কিহনবগুম্‌ তৌরে......।

জোকাস্তা—করিগী? কৈদৌরবগে? করম্না অদোম্বু
পাখৎহল্লিবনো?

ঈডিপস্‌—লাইএসপু হাৎখিবা অদুবু লম্বী
অহুম ফাংবা মফম অমদনি হায়বা
নত্রনে, নংনা হায়রবো?

জোকাস্তা—মদুবুদি ঋরীনিদনা, অদুগা হৌজিকস্থ
ঋারী ওইদুনা অস্তম লৈরি।

ঈডিপস্‌—কদায়দনো? করি লৈপাক্তনো হায়বা!

জোকাস্তা—ফোসিস কৌবা লমদুদা
—মফমদুদগী লম্বী অমনা দেলফী
তান্না চৎখি, অদুগা অতোপ্পা লম্বী
অমনা দাউলিয়া তান্না য়ৌখি হায়।

ঈডিপস্‌—থৌদোক অদুবু কয়া কুইথ্রবগে?

জোকাস্তা—ইবুঙোনা (নংনা) নিংথৌ ওইবিগদবা
থরনিগী মমাংদনি হায়বসিদি ময়াম খংনরিবা
সিঙায়দনা।

ঈডিপস্—হে ঈশ্বর ! নংনা ঐবু ওইহল্লিবা 'সিবু করিনোনে ?

জোকাস্তা—করিনোনে, ঈডিপস্ থরাই অদুক রাবিরিববো করিগীনোনে ?

ঈডিপস্—ও হংলম্মুনে। অদুবু লাইএস হায়বদো কনা মানবগে ? ঐঙোন্দা হায়য়ো, কয়া অহল ওইরে ?

জোকাস্তা—রাংই লুপাগুম্ মকোক্কী মশম অদু পুঙৌ ঙৌই—অদোমগী শবান্ অসিগুম্বনি।

ঈডিপস্—ওঃ ওস্থোকপনি। ইশানা খংজদনা ইশা অসিবু পাপী ওলহল্লরবরনে ?

জোকাস্তা—করিবো, ইনিংথৌ ইবুঙেঙ, করিবুনোনে ? অদোম্না ঐবু লাংতক্লহল্লে।

ঈডিপস্—মতমদুদা লাইগী দূত অদুবু মমিৎ পাল্লম্বরা ? ওঃ মসিবু ওইথোকপরনে ? মসি থাঙ্গেশেংবনী হায়বা প্রমাণ তৌনবা, রাকম অমতংদী ঐঙোন্দা তমখো।

জোকাস্তা—অদোম্না ঐবু পাখৎহল্লেনে। ঐনা খংজবা পুম্বা তমজগে।

ঈডিপস্—নিংথৌদো করম্বা থোংবু লোইনখিবগে ? মী অমা-অনিতংদগয়া, নত্রগা নিংথৌগী পোৎলোয়-সম্বোৎ শুনা থোগম্নাই ময়ামগা লোয়ননা চৎখিবরা ?

জোকাস্তা—মথোর পুম্না মী মঙাতনি, শেল্লুংবা অমনা মথোয়গী মাং থাখিবনি, নিংথৌ

লাইএসনা ভোংখিবা, মুপ্পগী গাড়ী
অমখক্তংনী।

ঈডিপস্—শেংলক্লে, ওস্থোকপনী, শেংবু শেংমনগ্রে।
মসি নঙোন্দা কনানা হায়?

জোকাস্তা—মীনাই অমনা, মাতংদী চংনা মথাই
পুদুনা চেল্লকপনী।

ঈডিপস্—মহাক ইমুং'সিদা লৈরিবরা?

জোকাস্তা—লৈত্রে। মহাক্না হল্লকপা মতমদা,
নোঙ্গাপ্রবা মবুঙেগী মহুৎতা অদোম্না
নিংথৌ ওইদুনা লৈরম্বা অদুদা, লৈবাক
অসিগী মিৎয়েং রাংমদা, লৱাই মচি অমদা
য়াও শেনবা ওইরুরগে মাবু থাদোকপিরো
হায়দুনা ঐঙোন্দা কম্না হায়জরক্লে। ঐনা মাবু
থাদোকপিগ্রে। মরাইবক থিবা হায়বদুনি,
হেন্নদুম চাওবা মনা অমা নিজরম্ববু য়াবনী;
য়াম্না ফবা ইনাইনিনে মহাক্তো।

ঈডিপস্—ঐখোয়না মাবু 'সিদা কোবা য়াগদ্রা
থিনবা তৌদনা।

জোকাস্তা—য়াই, অদুবু পাম্বীরীববু করিগী ওইরবনো?

ঈডিপস্—ঐগী রাণী, ঐ কীরে, ঐ কা অমা
হেন্না ঙাংমনগ্রমাল্লে হায়না ঐ কিজরে,
মরম অদুনা নিপা অসি ঐগা উন্নদবা য়াদবনী।

জোকাস্তা—ফরে, মাগা শোইদনা উন্নবীগনী। মরম অসিনা,
অদোমগী থম্মোয়মুংদা অদুক লুম্না
থম্বীরীবা রাখল অদু করি ওইরবনো? ভাজবা য়ারোইদ্রা?

ঈডিপস্—নহাক শোয়দনমক। ঐগী রাখল অসিনা

অশেংবা ওইরবদি, ঐনা লিথোককম থোকপা
অহানবা মীশক্তী নং ওইফম থোকঙ্ঈ
অদুদি তারো। ঐগী ইপানা কোরিগ্নকী
পোলিবসনি ; ইমানা দোরিনিয়ান মেরোপিনী।
ইমুং-মনুংদা ঐ অসি মশক নাইবা মী অমা ওইনা
হৌরকখি ; নোংমদি য়াম্না ঙকথ্রবা, ওইথোকখিদ্রিবা
থৌদোক অমা থোকখি। থৌদোক অদুগী মমি
ঐগী থম্মোয়নুংদা মতিক চাদনা তাখি। হায়রিবা
নুমিৎ অসিদা, ময়াম পুম্না চাক চারিঙৈদা,
য়ূ-কা হেম্না থকচিনবনা মথৌনা ফরবা নিপা অমনা,
ঐ অসে ইমানা পোকপা মচা নত্তে হায়রম্মী।
মদুনা ঐগী থম্মোয়সে কায়হল্লম্মী ; মতম অদুদদি
ঐগী নুংঙায়তবা অদো খা-চিক্লুনা। তুমিন্না খাংলম্মী।
মথংগী নুমিৎতা ঐগী ইমা-ইপাগী নাক্তা চংদুনা
অচুম্বদু শেংনা হায়দোকপিননবা হায়জরুই।
মখোয় য়াম্না নুংঙাইরমদে, অমসুং অসিগুম্বা রারী
শাদোক্লবগী মথৌনা কনাগীসু লৈতে হায়দুনা য়াম্না
শাওরম্মী, অমসুং ঐসু থর ইংথরম্মী। অদুম ওইনমক
থম্মোয়দা শোকখিবা চৈনা অদুদি, অদুম লৈহৌরে ;
অদুগা অসিগুম্বা পাও অসিদী য়াম্না থুনা খুথাং
য়ৈদুনা চৎখি।
মরম অদুনা, ইপা ইমা খংহন্দনা
ঐহাক পাইথোদা চৎলুই, অদুবু ঐনা হংজবা রাহং
অমতংগী পাওখুম ফংজদ্রবদা নীংবা কায়দুনা
হল্লকখি। ঐ-অসি অপোকপী ইমাগা শোয়দনা
মুহোংগনী, লায়দুনা পোকপা অঙাংগী মপা

ওইগনী অমসুং মীওইবা সমাজগী মফমদা
লংজনীংঙাই ওইবা মরাল ইপা হাৎলগনী
হায়বা তুজুংলবা অঙকপা ফংলবা রারী
অসি তাদুনা হল্লকঈ। মসিদগী অকিবগী
মশক ফংলবা মরাল অসি লংজদনবা, য়ুমদা
অমুক হন্না নলরোই হায়দুনা, ঐ অমসুং কোরিম্বকী
মরক্তা থরানমিচাক থমদুনা ঐহাক চেল্লকৄবনী।
ঐনা অসুম চেল্লকপনা সুংশিখিবা নংগী
নপুরোইবনা পুন্সি চেংজেল লোমখিবা
মফম অদুগী থংনবা লমদা ঐহাক থুংলম্মী।
তাওনে রাণী! পুম্নমক অসে অচুম্বা ঙাক্তনী।
লমলোং অহুম ফাংবা মফম অদুদা
ঐনা থুংলুবা মতমদা, নংনা হায়খিবা মীতা অদু
মানবা শগোল তোংবা নীপা অমা
গাড়ী অমগী মমাং থাদুনা, নিংথৌ শেম্বা খুৎপু
অমা উম্নরম্মী। খুৎপু অদুগী মকোক অদুনা
য়াম্না উশিৎ-থওইদনা ঐবু লম-চায়নবা য়াথং
পীরম্মী, অদুগা মাগী ইকায়খুম্নকম ওইবা
মবুংঙো অদুসু ব্যবহার য়াওদবা য়াথংগা
লোয়ননা নোৎশিল্লম্মী। গাড়ী থোবা অদু
ওইরমাল্লে, ঐবু লাক্কুনা ইন্দু রকপা অদু
ঐসু শাওদুনা মাবু থোমদৎলে। অহল-অদুনা
মসি উরম্মী অদুগা গাড়ীগী চুল্লী য়ৈখৎতুনা
ঐনা মপা অদু লাম্রিকাওবা ঙাইদুনা লৈরম্মী,
অদুগা মরোং অনি লোংবা শাজৈ অদুনা
খুৎলাই ওইনা পাইদুনা ঐগী কোক তম্মা হায়থরকখি,

হৌন খংদবা মরমচৎ অদুগী মমল মশানা
অদুম ফংজগ্রে, মথুৎ য়েংনা পাইরিবা চৈশাং
অদুনা মরম্নাই থাজদুনা, নোংথাং কুপ্পগুম,
খুৎলৈ থুনা গাড়ীদগী লৈবাক্তা মকোক য়ুংনা
হাইথরক্নুনা অদুম লানগ্রে। অদুগা মথোয় পুম্বা
ঐনা অদুম লোইশিল্লমলে।
অদুগা হৌজিক্লা, শকখংদবা নীপা অদুগী শিংলিদা
লাইএসকী ঈ করিগুম্বা চেল্লম্লবা, মী লাই
অনিমক্তা খাশিৎনফম ওইরবা, ঐঙোন্দগী হেন্না মরাইবক
থিরবা ভাইবং মী অমমুক লৈরমগদ্রা ? শকখংদবা
মী অমতনা, নাগরিক অমতনা, মাগী য়ুমদা
পুশিনফম থোক্তবা মীশক অদো ঐনি। মী অমতনা
রা ভাংবীনীংদবা শাপ অসি মশাগী মকোক্তা
থোনগৎচগদবা মী অদো ঐনি। মাগী তাল্লোইবুসু
মাবু অঙ'ং ওলহনলুরবা, খুৎ অসিমক্তা শোকউরবা।
মসিবু ঐগী ইপাপলা ? ঐ অসিবু লৈখা তানা
ফত্তবা অমা হায়বদু ওইদ্রিবরা ? ইমামকপু ঐগী
তালোই ওইনা লৈমিন্নদো শরুক ; ঐগী
ইপুন্সি অসিমক লমন ওইনা তোল্লবা, ঐগী ইপা,
ঐবু পোকপা পোলিবসপু হাৎতৌ শরুক, সিদগী
লোয় থাগ্রসনু, পুন্সি 'সিমগী থ'দোক্লগদবা,
ঐগী ইয়ুম ইপা লৈবাক অদুবু, লোয় থারিভৈগী
মনুংদা ফওবা উদবা ওইগ্রসনু।
ফত্রবা শাপ অসিগী মহৈ করিগুম্বা
ইকোক্তা তাহনবা থোক্লবদি, মদুবু ফত্রবা হীংচা
য়াইতম্বা নত্তনা অতৈ করম্বনা ওইগদগে ?

থক্তা নৈরিবা লাইয়ামশা, অদুগুম্বা সুমিৎ
অদো থক লাকহনবীগনুকো, লাকহনবীগনুকো।
তুরুচরবা ফীভমগী অমুবা দাগ পুদুনা হীংগদোগী
শরুক ঐবু থুনা লৌশিনবীয়ুকো অদুগা তাইবং—
নৈমায়সিদগী ইমি ফাওবা মুৎলসনুকো।

কোরস্—নৈকোয় মপু, অকিবনা থল্লবা ব্রাহৈ ঙাক্নী
ঙাকপিরিবা। অদুম ওইনমক ঐখোয়গী সাক্ষীদগী
অচুম্বা পুম্বা খংবীদ্রী ফাওবদি আশা চাওবীখো!

ঈডিপস্—য়াও শেনবা অদুবু ঙাইবনা ঐগী অমতা
ঙাইরবা আশানি।

জোকাস্তা মদুনা করিগী। মঙোন্দগী করম্বা তেংবাং
লাক্কনী খনবীবগে?

ঈডিপস্—মদুদি 'সি'নী মাগী ব্রারীগা নংগী'গা
মপা চানরবা, অদু ওইরবদি ঐহাক দোষ
কোক্লেদনা।

জোকাস্তা—করম্বা অকক্লবা মতাংদা? ঐবু করি
হায়খিবগে?

ঈডিপস্—মানদি হুরানবা খুৎপু অমননি হায়'খি
হায়দুনা নংনা হায়বদাইনে—হুরানবা
খুৎপু অদুনা মাবু হাৎপনি হায়বদাইনে। করিগুম্বা
হৌজিক ফাওবা মানা হুরানবা খুৎপুননি
হায়ররবদি, ঐদি নক্লেদনা; অমা হায়বসিদা
অমদগীদা হেন্দেনা। অদুগা, করিগুম্বা
মানা নাইতোম তাবা লংকৈ চৎপননি হায়ররবদি
চেনকম নৈত্রে; খুদোনবীদো ঐঙোন্দা থিন্নেদনা।

জোকাস্তা—ওস্লোকপনিদকো। মানা হায়খিবমক্নী, ঐনা

শেংনা হায়জরেদনা। হৌজিকপু মহাক চেনবা
য়াগদ্রা—সহর পুম্বা অসি তাহৌরিবনি।
ঐদা নত্তেনা। অদুগা মাগী রারী অদো
করিগুম্বা কাচিন-কোয়া খরদা শোয়দোক-শোইজিন
নাইরবস্নু লাইএসনা শিখিবা
অদো লাইগী লাইবাও অদুগা চাননা শিখিবনী
হায়নদি, মানা কৈদৌউদস্নু মীনমদুনা ঙাংলোইনা
মরমদি লোকসিয়াশিংনা হায়নবদি,
মহাক ঐগী ইচাগী মখুত্তা লানগনি হায়বনি,
মদুদি ওইখিদ্রেদনা, মরাইবক থিবা অঙাং
হায়দুনী মহাক্তী শিখ্রে। লাইগী লাইপাও
তুংইন্না অঙাং অদো কৌরুদা কৎখ্রে।
মদুদগীদী ঐখাক নাও পুবা য়াবা লম্বীদা
অমুক চৎহনখিদ্রে।

ঈডিপস্—নহাক্না হায়বা চুম্মী। অদুমকপু য়াও শেনবা
অদো ঐখোয়গী ’সিদা অমুক্তা কৌসি। মাবু লৌকনবা
কনানো অমত্তা থাখোদনা।

জোকাস্তা—ঐ শোইদনা তৌজরগে। মমুংদা লেংশিনবীরক্লো।
ইবুঙোও। পাম্বা নত্তনা ঐনা তৌগদবা অতৈ লৈত্তেনে

(থোকখিবা)

কোরস—ঐনা হায়বদি রাইদা অমস্নুং থবক্তা অতিযা
পক্লা চোংঙম্বা আইন্দা থাজবা থাংজৈ-শেংনা
থমদুনা হিংউ হায়বনী। আইন হায়বসিদি
তাইবংমী অমত্তবু হঙানহন্দে, মশেং-মরাংহন্দে,
তুমহন্দে অদুগা লাইগী কোকথকুম্বা মাগী
মকোক অদু শিবা নাইদে, অহন ওইবা লৈত্তে।

চাওথোকপনা মীফম্তবা ওইহল্লি ; মওং চাদনা
ফংবা হুরানপোৎনা য়ামখৎলকলবদা, ফুরা অমগুম
রাংলবা মতোম্দগী চাওথোকপনা নিংখায়রদুনা
তারক্তুনা খোংবান্দা তাদুনা, পুম্নমক খোংনেৎনদুনা
মাংই। নাগরিক্কী দায়ীত্ব য়াওদনা থৌনা ফুদোকপদি
আইন অমত্তনা ঙাকপিবা তৌদে,
তাইবংমপুনদি
মতুবু চাওখৎহনবা ওইসমু। অচুম্বা ফজবা
পুম্নবু খোংগাওনদুনা মঙক কনবা মাগী লম্বীদা
মচৎলবা ; অশেংবা পোৎশকশিংবু শেংদবা পাম্বৈনা
লাম্না খোমজিল্লবা, অদুগুম্বা মীদুনবু শাপনা ফুন
তারবা মাগী চাওথোকপা অদুগী চৈরাক্তগী
চেনজবা ঙমজগদ্রা ? অচুম্ববু থাদুনা অরানবা
লেপশিল্লবা, মহাক্তো ঈশ্বরগী থৌরবা অশাওবদগী
করম্বা খুৎলাইনা মশা কঞ্জবা ঙমগদগে ?
পুন্য ওইনা লৌরবদি শেংলবা ইশৈগী পাম্লু
খোইথুমনরবা স্বর থাদোক্লো ;
কায়নরশি, এবাইয়া অমসুং ওলমপিয়াগী ফাংখোং ;
কায়নরশি, পৃথ্বিগী খোইদৌ ওইবা লানহৈদ্রবা লাইশং
মতমসিদা করিগুম্বা নংগী পাউজেলনা শোয়রবা নত্রগা
চুমদ্রবা
'দুগা মীওইবনা নংগী লাইপাওগুম্নবা খোজেলবু
হম্নামক্তা লৌদ্রবা।
জিএস ! করিগুম্বা নংনা হিংলবা, মফম খুদিং
শম্না লৈরবা, পুম্নমকপু নাওকোল্লগা হোৎলো ;
অরীবা লাইরোল কয়া কাউথোকপ্রে ; এপোলোগী

মিংলেন থৌওইদরে, মাগী মতিকময়ায় শামলক্লে ;
মীওইবগী মরক্তা ঈশ্বরগী মতৌ মাঙলকলে।
( ঊশা মচা অমদা লৈপবেং য়াম্না অময়ুং ধূপকন্থী পাইদুনা,
কোমুংলোমদগী জোকাস্তা চংলকই। )

জোকাস্তা—ইঙোখোয়, হায়জ নোঞ্জবগী খুদমশিং'স
ইখুত্তা পায় অদুগা মৈগী খুদোল অসি
পুদুনা শেংলবা লাইশংশিংদা কোয়জরুগে
খঞ্জরি। ওয়দা ৱাখল কয়ানা নিংথৌ অসি
লাকহৎপ্রে। মাবু—অহোয়নদুম চিংনহঞ্জবা
ৱাহৈ কয়া তাবনা, হৌখিবা থৌদোক্লা চৎলিবা
থৌদোকপু জ্ঞানগানা বিচার তৌবা ঙমজদ্রে।
মাবু নুঙঙাইহন্নবা, ঐহাক করি অমত্তা তৌবা
ঙমদ্রে। নশেক নাইনা ঙানথোয়রিবা, এপোলো
নংদি, ঐগী থোংগান্দা লৈবনি, নংঙোন্দা ঐগী
অহানবা লাইশোন পিজরি। মোংলবা শাপ
অসিদগী ঐখোয়বু কনবীয়ু, কনবীয়ু।
ঐখোয়গী হিনাওশাবীবা মপুনা অঙাওলাইচুবা
উবসিদা, ঐখোয় য়াম্না কিরকলে।
( কাংখোংদা মানা পুরকপা অথেনপোৎশিং অদু কৎপা )
[ কোরিন্থগী লাকপা পাউপুবা অমা চংলকপা ]

পাউপুবা—শকথংদবা পুন্নমক, ময়ামগী য়াথং লৌজদুনা
ঐহাক ঈডিপস্‌কী ময়ুম থিজরকলি।
অদোম্না মাগী লৈকম খংবীরবদি, য়ুম অদুদা
নত্রগা মঙোন্দা অমুক্তা লমজিংবীয়ুদনা।

কোরস্—ইবুঙঙো, য়ুম অসি মাগীনী, মহাক মমুংদা

লৈবনি। ইবেম্মা অসিনা মাগী তালোয়, — মাগী মচাশিংগী মমাইবেম্মনি।

পাউপুবা — ইবেম্মা। অসিগী মঙ্গল ওইসনু, অদুগা নিপা 'সিগী থাঙজৈশেংবা রাণী অসিগী ইমুং-মনুং পুম্বা য়াইফসনু।

জোকাস্তা — মঙ্গল ওইয়ু ইবুঙ্গো, তরাম তরাম তৌবিবগীদমক্তা থাগৎচরি। রাকৎলা নত্রগা পাউজেল্লা নংনা পুরকইববো ইবুঙ্গো ?

পাউপুবা — ইকায়খুম্নফম ওইবা ইবেম্মা, নপুরোয়বগী অমস্তুং নংগী ইমুংগী য়াইফ পাওনি।

জোকাস্তা — করি পাওনা ? কনাদগী ওইরবনো ?

পাউপুবা — কোরিন্থতগীনি। থরদি মুঙায়রিদবা য়াই অদূবু পাউ অসিদা মুঙায়তবদি ঙম্মীরোয়।

জোকাস্তা — মুঙায়হন্নবগী অমস্তুং মুঙায়হনবগী মপাঙ্গল লৈবা পাউ অদুবু করিনোনে ?

পাউপুবা — স্তম হায়না হায়নৈ — এখোয়গী প্রজাশিংনা মহাকপু লৈবাকপুম্বা অসিগী নিংথৌ ওইহল্লগনি অস্তুম্না।

জোকাস্তা — নিংথৌ পোলিবসপু নোঙ্গারবরনে ?

পাউপুবা — ইবেম্মা, নিংথৌ পোলিবস লৈত্রে অমস্তুং লৈমুং চনখ্রে।

জোকাস্তা — করি হায়বা ? শিরবা ? ঈডিপস্কী মপাবুংবো ?

পাউপুবা — অহয়, থরায়না সাক্ষী ওইজরি।

জোকাস্তা — ( খোংলোই অমদা )

মুপীমচা ! নবুঙ্গোদা থুনা চৎলু।

পাউ অসি তমলুচো।

(খোংলোয় চৎখিবা)

লাইগী লাইপাও! হৌজিক্তি নং কময়েরে।
মানা হাৎলগনি হায়বগী কিখিবনা, চহি কয়া
চুপ্পা ঈডিপস্না নাথৈদ্রুনা লাকপা মীদো
শিরবা। মাগী থৌইনশিন নত্তবীদা, হৌনশা
ওইবা খুৎশি অমনা শিরবা।

(ঈডিপস্ চংলকই)

ঈডিপস্—ঐগী চান্নথোয়বী জোকাস্তা।
নংনা ঐবু ইমুংদগী কৌথোকপবু করিগীনিনা?

জোকাস্তা—নিপা অসিগী পাউসে তাবীয়ু, অদুগা মাগী
মপাও তারবা মতুংদা মনম চৎলবা লাইপাওশিং
অদো করি ওইরবগে তাকপিয়ু

ঈডিপস্—কনানো নিপা'সিবো? মানা ঐগী করি
পাউ পুরকপা?

জোকাস্তা—মহাক কোরিন্থতগীনি। নপাবুং
ইবুঙো পোলিবস নোঙ্গাখ্রে,—নোঙ্গাখ্রে।

ঈডিপস্—করি হায়রবা, ইবুঙো? নশামক্না ঐঙোন্দা
অমুক্তা তমউ।

পাউপুবা—ঐনা নকমদা রাশকচরিবা 'সিনি ইবুঙো,
করিগুম্বা মসিনা অহানবা তাবিবা ওইরগদি মহাক
মীওইবনা চৎনবা লম্বী অদুদা অদুম লানখি।

ঈডিপস্—ফত্ত পাম্বৈনরা নত্রগা অনা-চাকইন তম্বা
থৌদোনরা?

পাউপুবা—থৌদোক মচা অমত্তংনা অহন অদুবু নাওশুমখ্রে।

ঈডিপস্—নংনা হায়রিবসিবু, মহাক নাদুনা শিখি
অসিরা; মরাইবকচাওবা অহনদো?

পাউপুবা—মদুমকনি, অদুগা চহি কয়ামুক্তা ৱারী মানা
পাংথোকপ্রে।

ঈডিপস্—ফরে, ফরে, · অদুদি ৱাণী! পাইথোগী মৈ,
লাইগী লাইপাও, তুংলমচৎথংবা উচেকশিং
কমদৌরব'—ঐখে য়গী ইথক্তা লাওথোংদুনা
লৈবদো? ঐনা ইপাবুংবু হাৎলমগদৌবা, হৌজিক্তা
মহাক মাগী মোংফমদা তাদুনা লৈপ্রবা, অদুগা
ঐনা 'সিদা, খুৎলাই অমা ফাওবা শোকলুদনা· ····
ঐহাক লৈতবদুদা মথাই শোক্লুনা মহাক নোঙাখিবনি,
অদুনা ঐনা মাবু হাৎপনি, ৱাফম অসিমতংদি
হাযনকম লৈ। অদুবু নত্তেদা, লাইপাও অদুদি ময়েক
কাৎপা ঙমদরে অদুগা ইপা'বু' পোলিবসকুম্বা শিদুনা
তারে।

জোকাস্তা- অসুক কুইব অসি অসুম্না হায়জদুনতা
লাকচবা নত্রা?

ঈডিপস্—ন'নবুদি হাযবনি। ঐগী অকিবনা
ঐবু শেরাম্না লমজিংলে।

জোকাস্তা—মদুগী ৱাফমদো অমুকহং। থনবীকুরনু।

ঈডিপস্- 'কিনিঙঙায়বুদি হৌজিকসু লৈৱিদা'······
ঐগী ইমাদি····

জোকাস্তা কিবা? কিবনা তাইবংমীদ' করি তৌগদৌরিবা?
খুৎশি খুৎনানথো' হায়বসিগী মথুবাক্তা
ঐখোয়গী পুন্সি অসি লৈরিবনি; অদুগা তুংগী
ৱাদি কনানসু থংঙমদে। নোংমা অমদগী
নোংমা অমা ফাওবা ঐখোয়না হেক ঙমলিবমখে
মুঙঙায়না লৈথোকদবনি। ইমা লোগনি হায়বা

য়াফম্না মুংনাংহল্লুবগী করি কান্নগনি, মীওইবা
খুদিংমক 'সিগুম্বা নত্তবা মং মংবা ঙাকনি।
পুন্সি অসি লেনবা তান্নবদি 'সিগুম্বাশিদি কাউথোকপা
চুম্মি।

ঈডিপস্—করিগুম্বা ইমানা নোঙ্গাখিবা থোকলগদি
নংনা হায়রিবা অসি য়াম্না চুমফম থোকপনি
অদুবু মাদি হৌজিকস্তু হিংলি; নংনা হায়নিংবমখৈ
হায়জৌ, মানা হিংলিবমখৈ'দি ঐগী
অকিবা অসিদি থাদোকপা য়াররোয়।

জোকাস্তা—নপাবুংনা থুপখিবা 'সিদদি খরা শাফত্ত্রনে?

ঈডিপস্—চুম্মীনে; অদুবু ইমানা হিংলিবমখৈদি
ঐ খুদোং কযা চাত্রি।

পাউপুবা—অদুব নোঞ্জরি, ইবঙেঙা, অদোম্না
হৌজিক ফাওবা কিবিরিবা মুপী অদুবু কনানো?

ঈডিপস্- কনাবু ওইগদাগ, ইঙো, পোলিবসকী তালোয়,
মহারাণী মেরোপ-নিদনা।

পাউপুবা—মহাক ওইরে। মহাক্কী পুন্সিনা অদোম্ব
করম্না খুদোং থিহল্লিবা?

ঈডিপস্—তমথিরবা থৌদোক অমা থোক্কনি হায়দুনা,
ঐখোযগী ইথক্তা লাইবাও অমা লৈ, ইঙো।

পাউপুবা—মড়ুব লমলানবা মী অমদা তরায় তরাযনা
হাব্রদোকপা য়াবা নত্ত্রা?

ঈডিপস্ মড়ুদি 'সিনিগা। ঐ অসি ইপা হাৎলগা
মহাক হাৎপগী ঈ ইখুৎতা তৈনা তৈনা ইমামকপু
লুহোংগনি হায়বা শাপস্তক লৈ হায়না লোকসিয়াগী
কাংবুনা হায়রি। মরম অসিমকননি ঐনা কোরিস্থভগী

অস্নুক কুইনা লোৎতুনা লৈরিবা অসি। লৈখিত্রবা অদুগী অহাংবা অসিবুদি করিনা মেনবা য়াররোয়। অদুবু ঐনা তৌখিবা অসিদি য়াম্না চুমত্রবা পোৎনি।

পাউপুবা- অকিবা অসিনরা, মতম অস্নুক কুইবা অসি লোট থাবগুব অসোম্না লৈরকলিবা অসি?

ঈডিপস্- চয়! ইপা হাৎপা মীশক অমা হায়বদু ওইরোয় হাযদুনা ঐহাক চপয়ুংনা খনগ্রবনি।

পাউপুবা— অদু ওইরবদি অতোপ্পা অকিবা অমদুস্ত ঐহাক কোকহনজরগে। অদোমনী য়াইফনবনীদমক্তা ঐহাক লাকলিবনি।

ঈডিপস্— ঐগী তৌবিমল খংবা অসি মশেক থাংলোইকো।

পাউপুবা—অদুগা য়াম্না শেংনা হাযজবা তারবদি, নয়ুম তাম্না পুনবা ঐহাক লাকচরিবনি।

ঈডিপস্—য়ুমদা? মদুদি কৈদোংউদস্ত ওইথোকলোয়। ঐগী ইপা ইমাগী য়মদদি কৈদোংউদস্ত ওইররোই।

পাউপুবা— ঐগী মুংশিজরবা নহা, নংবু নমথাক তৌবিরবনিনে।

ঈডিপস্—করম্না অদুদে?

পুকচেল চাওবা ইবুঙঙো, ঈশ্বর মিংলেন পন্দুনা; ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়বীয়ূ।

পাউপুবা—নয়ুমদা নংনা চংজগদববু থিংলিবা অকিবা অদুগী মতাংলা?

ঈডিপস্—অহোয় মদুনি। ফিবমকী রা অদু হৌজিকস্ত ঐগী ইকমদা চুম্বা য়ারিকো?

পাউপুবা—নমা নপারোমগী থোঙদগী নংগী শাগৈদা অমকপা লৈগনি হায়বদুগী ৱাফমদুরা?

ঈডিপস্—মহুনি, ইঙো মহুনি, মতম লৈবখিবিক্তা ঐবু
মুংনাংহল্লিবা।

পাউপুবা—চিঙ্থোক ঙাক্লিদা ইবুঙেঙা ; নংনা কিরিবা অদো
য়ুমফম য়াওদবান, অরেম্বা ঙাক্তনি।

ঈডিপস্—ঐসি মখোয়গী মচানি খঙনা খঙনা, মহুবু
ওইথোকপা য়াব্রা ?

পাউপুবা - নত্তে। পোলিবস হায়বসে নংগা করিমত্তা
থোক্লদেয়ে।

ঈডিপস্—মরীমত্তা নত্তে হায়বা? পোলিবসপু ইপা নত্তবা?

পাউপুবা -ঐগুম্বা অমা নত্তনা অতৈ কনা নত্তে।

ঈডিপস্—ঙাইবিখো ইবুঙেঙা, ংঙোন্দগি থোইনা
হেন্দবা? ফীগৈ শেংবিয়ু।

পাউপুবা—ঐসে নংবু পোকপা নত্তেদনা, অদুম্বা পোলিবসসুনি।

ঈডিপস্ - অদুদি ঐবু মাগী মচানি হায়রিবসি করম্না
হায়রিবনো?

পাউপুবা—ঐ বা হায়গে। ঐনা নংবু মঙোন্দা পিখিবনি।

ঈডিপস্ পিথোকখিবা? অদুগা মানা মচাগুম্না
অস্থক লুনা তৌরিবা অসিনা করিগী?

পাউপুবা—মাগীদি অতৈ ক-া লৈজদে।

ঈডিপস্—ঐবো.......... খুল্লকপরা নত্রগা লৈরকপরা?

পাউপুবা—খুল্লকপনি, সাইথেরেংগী উমংগী লমহাং অমদগী।

ঈডিপস্—অদোমদি মকমহুদা কদোবা চৎলুই?

পাউপুবা—চৌংথক্তা যাও শেন্দুনা লৈরম্মী।

ঈডিপস্—মতমহুদা নহাক খুৎনক্তা য়াও শেল্লম্ব্রা?

পাউপুবা—অহোয় ঐহাক; অদুগা লাইবক কবা
ভাজাহুদা নংগী উকল ওইরকপনি।

ঈডিপস্- অদুদি নংনা থেংনবা মতমদা ঐসি অয়ো
নাহে তম্লম্বা নত্রগা খুদোং থিবদা তারম্বা ?

পাউপূবা—নখোঙ খুজেং শোল্লিবা অদুনা মদুগী
বারীনৱগনি

ঈডিপস্—ওন্থোকপনি, লিরবা খুদোংথিব অদো
নৌদোনা অমুক নিংশিংবা তাংবা ?

পাউপুবা—নখোঙ খুজেং অদুনা য়েংকী পুংদৈ য়েন্নুনা
লৈরম্মি অদুগা ঐনা নংবু থাদোকপনি।

ঈডিপস্—অদুদি চুম্মিদনা নিংথাদগী হৌনা ঐগী
খোঙগী দাগফম অসি লোয়নরকপদি।

পাউপুবা—মদুদগী হৌজক কৌরিবা নমং অসি থোনখি।

ঈডিপস্—হে ঈশ্বর। মসিবু ইপাগী নত্রগা
ইমাগী খুৎফম্লা ?

পাউপুবা—ঐস্ত হায়বা ঙমদে। নংবু ঐঙোন্দা
পিরকপা মীশক অদুনা হংবিযু।

ঈডিপস্—ঐসিব পিরকপরা ? অদুদি নং নশামক্লা
ঐসিবু খুল্লকপা নত্তবাইরে ?

পাউপুবা অতোপ্পা য়াওশেনবা অমনা নংবু ঐঙোন্দা
শিন্নরকপনি।

ঈডিপস্- মহাক অদো কনানো ? কনানো হায়বা
ঐঙোন্দা হায়বিবা ঙম্বিগদ্রা ?

পাউপুবা—মহাক অদো নিংথৌ লাইএসকী মনাইশিংগী
মরক্তগী অমনি হায়রুনা ঙাংনখিব্রা হায়না খল্লি।

ঈডিপস্—লাইএস হায়বা ? ঐগী মাংগী নিংথৌদুরা ?

পাউপুবা—হোয় মানিনে; নিংথৌ লাইএসনিনে;
নিপা অদো মাগী মনাইশিংগী মরক্তা অমনিনে।

ঈডিপস্—মহাক হিংলিব্রা? মাবু ঐহাক উম্নবা ফংগদ্রা?

পাউপুবা- নংগী মীশিংনা থংক্ষম থোকইনা

ঈডিপস্—পুকচেল চাওবশা! য়াউশেনবা অসিনা

হায়রিবা নিপা অসিবু খঙবিব্রা? শঙ্গাবুংদা নত্রগা

সক্তর অসিদা মহাকপু উ লাকপ্রা? মাবু করিগুম্বা

খংলবদি হায়দোকউ। অঙকপা চিংনরিবা অদুগী

মমুংহঞ্জিন্না খংদোকনবগী তাঞ্জা হৌজিক লাকলে।

কোরস্—অদোম্না উম্নগনি হায়দুনা কোয়থি থিরিবা খুঙ্গংগী

মীশক অদো মহাকসি ওইরগনি হায়দুনা ঐদি খঙ্গব্রি।

মসিনা করিগুম্বা ওইরমলগদি, য়াম্না ফজনা হায়বা

ঙমগদবা মীশক্তি স্নুপ্নগী মহারাণীতনি।

ঈডিপস্- ইনাও ইবেম্মা, ঐংনায়না কৌহল্লুনবা থাখিবা

মীশক অদু নং খংব্রা? মহাক্না হায়রিবা মীশক

অসিবু নিপা অদুরা?

জোকাস্তা— শাখংখিবনা তাইফেং তাইবত্নুনা)

মদুনা করি তৌরবগে? মানা হায়বা নিপা হায়ববু

করিনো? মসিনা করিস্ত কান্নবা নত্তেদা........

অদোম্না মহাক্না হায়খিবা পুম্বদো কাওথোকপিদ্রো

করিস্ত কান্নদে হায়জরিবা।

ঈডিপস্- জ্ঞান তাদবা হায়ববু। লংলা লংজিনগী

লিতোন ফাওবা চিংথোক্নদোবিবনি, ঐনা পোকলকপগা

শাগোম্নরকলবা অঙকপা চিংনবা অদু হেক

খংদোকত্রিফাওবা।

জোকাস্তা—নত্তেনে। ঈশ্বরগী মিংলেন লৌজরি—

করিগুম্বা অদোম্না হিংদুনা লৈবিনিংলবা, খিরিবা

অসি লেপ্পীরো। ঐনা রাজবা অসিবু লোয়ত্রিবরনে?

ঈডিপস্—কিরুনিঙডায় করি লৈতেনা। অহুমশুবা থাক্তা
ঐসে মীনাইগী মপোক্তা পোক্লবনি হায়দুনা খংলবা
ফাওবদা, নংগী নগুণ অমসুং ইজৎতি থিনা ঙাংনগদবা
করিসু লৈতেনা।

জোকাস্তা—অদু ওইরবসু তৌবীরসু। ঐনা হায়জরিবসিনি,
মসি তৌবীরসু।

ঈডিপস্—ঐদি শোয়দনা তৌগনি। অচুম্বা অদুবু খংদোক্তনা
থাবদি ঐহাক ঙমলরোয়।

জোকাস্তা—ঐনদি চুম্মী হায়বসে ঐদি খংই। অদোমগী
য়াইফনবগীদমক্তনি ঐনা চেকশিন ব্রাহৈ নীংশিংজরিবসে।

ঈডিপস্—ঐগী 'য়াইফবা' অদুনা ঐগী কোকচিকপা
অমা ওইরকলিবসি কুইরেনা।

জোকাস্তা—মরু কংনা মাংলবা মী! অচুম্বা অদু খংনবা
নংহাক পুন্সিদবা ওইয়ুকো।

ঈডিপস্—কনানো অমা চৎলু. য়াওশেনবা নিপা অদু
লৌরুচো। পোককম শাৎকমগা লোইনরবা চাউথোকচবা
অদুদা লেপ্পহোনবা. ইবেম্মা অসিদি লৈজহৌরসনু।

জোকাস্তা—ওঃ মাংলে তুমলে।
ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসে অরোয়বা অমসুং অমত্তা
ঙাযবা ব্রাকমনিকো। মতুংদদি অমুক হায়জররোযকো।

(থোকখিবা)

কোরস্--ইবুঙেঙা করিগীনো মহারাণীনা ঐখোয়বু য়াম্না
পাখৎনিঙডায় ওইবা লুরবা ফীভমদা হুন্দোকলমলগা
চৎখ্রিবা অসিবো? মানদি ইচংথৌনা ফোংদোকপা
ঙমদ্রবা মরম অমদগী য়াম্না তমথীরবা মওং
অমদা তাগত্রা হায়দুনা ঐদি চিংনৈদা।

ঈডিপস্—ফন ফত্তবা ওইসম্নু
পুন্নমক ফুগাইনরসন্নু।
ফনস্ত লৈখা তানিঙঙায় ওইজসন্নু,
ঐগী ইপোক্কী মরমদা লৈবা অরোনব'ত্নুগী শো
ঐনা শোয়দনা লাংগনি। মুপী অসিদি মুপী
অমনা চাওথোকফম থোকপদগী হেন্না চাউংথোকখিবনা;
ঐগী অতোনবা মপোক অসিদা ইকায়জরি।
অফবনু পিনহৈবা "লাইবক" হায়বীত্নুগী মচানি ঐদি।
অত্নুনা ঐদি ইকায়দে, মহাক্তো ঐগী ইমানি, চহিগী
ঋতুশিং অসিনা ঐগী ইচল ইচে ঙাকনি। ঐনা
কাথৎপা অমস্তং তাবদি মথোয়গা খুৎশন্নত্নুনা চৎলি;
অস্তন্না পোকপনা, ঐদি ওইরিবা অসিগী
অতোপ্পা মীশক অমমুক ওইজনিংদে, অত্নুনা ঐ অসে
কনানো হায়বদো খংজানিংই।

কোরস—ঐগী তুংলমচৎ উবা মীয়েং অসিনা লাল্লমত্রবদি,
হয়েং থোক্লক্কদারিবা থাজগী মঙান্না ঐখোয়গী
ইবুঙেঙোনা পোকলকপগা লোয়নবা অরোনবা অদো,
তাইবংপান ফাওহল্লগনি। সাইথেরেনগী মমিংসে
ঐখোয়গী শৈশেক শৈদাদা চল্লনি, চীংজাও
অসিনা মাগী মমানি, মপানি, মপীনি অত্নুগা
ঐখোয়গী ইনিংথৌদা পিবা বর অসিগী দমক্তা, সাইথেরেনবু
থাগৎনিঙঙায় ওইত্নুনতা লৈরনি। ঐখোয়গী
লাইরেম্বা ফিবস পুন্নমক অসি নংগী ননিংনি।
চীংদা তাবা পান কৌবা লাইরেম্বা
অত্নুদা, খুমুংচক্কী হেল্লোয়না মিৎয়েং কারন লানবদগী
পোকপা ওইরিগত্রা অঙাং অসিবু? নত্রগা

অদু হোয়দুনা লাকপা, অদুগা মানা থেবসরোমদা
লাইএসকী য়াওরুপতা হোয়দুনা পুখিবা।
অদুগবু হৌজিক সুম্না তৌরিবা অসিরা?

য়াউশেনবা—হোয়নে, অদুম হায়না তৌখি। মদুদি চহি
মতম শাংলবগী রানিনা।

পাউপুবা—ফরে, অদু ওইরবদি নংনা অঙাং নিপা অমা,
ঐঙোন্দা ইচাগুম্না য়োকচৗ হায়না পিখিবা
অদু নৌংশিংলম্বা যাইনা।

য়াউশেনবা—(পাখৎপগী তথকপা মিৎয়েংগা লোয়ননা)
নংনা হায়রিবা অদুবু করিনো? নংনা ঐবু
হায়হন্নিংলিবা অসিবু করিনো?

পাউপুবা—ঐগী মরুপ অরিবি, নংগী অঙাংনিপাদো
'সিদা লেপলিবা অসিনি।

য়াউশেনবা—নিপা নং মতোয়নরা, নরৈ অদু ফাজিল্লু।

ঈডিপস্—ঙাইখো; ঙাইখো, অহন;
ঐগী রাখন্দদি, মানা নঙোন্দগী মপুকশেংনা হায়বা হেল্লি।'

য়াউশেনবা—কমদৌনা? ঐনা করিদা কায়রদুনা.
ইকায়খুন্নফম ওইরবা ইবুঙো?

ঈডিপস্—অঙাং অদুগী মরমদা মানা হংবদা নংনা লৌথুপ
লোকোয় নৈতনা খুমদবনা হায়রিবা।

য়াউশেনবা—মহাক্না হায়রিবা অসি করিনো হায়বা মহাক
খংজদ্রে। মহাক মরাল অমা লংজরে।

ঈডিপস্—নং নশানা য়ানা হায়দোকত্রবদি, ঐখোয়না
নমদুনা হায়দোকহনগনি।

য়াউশেনবা—অহন অমবু লাকনবীগন্নু, ইবুঙো,
ঈশ্বরগী থৌজাল য়েংদুনা।

ঈডিপস্—মপাম্বোম অসি লৈথেকউ হে……।

য়াউশেনবা—ইবুঙেঙা করিনো তৌরিবসিবো?

মথাতানা খংবিনি'দুনা হংবিরিবদুবু করিনো?

ঈডিপস্—মানা হায়রিবা অঙাং'সিগী মরমদনি—

মঙোন্দা পিখিবা মীশক অদু নংলা?

য়াউশেনবা—মানি ঐননি। মুমিৎ অদুমক্তদা ঐহাক শিজনিংলম্মনি।

ঈডিপস্—নংনা অচুম্বা হায়দোকত্রবদি, নংনা পামজবা অদু

হৌজিকমক থুংহনগনি।

য়াউশেনবা—মসি হায়দোকপা হায়বসে ঐগীদি

শিবগা চপ মান্নরবনিনে।

ঈডিপস্—লোৎশিনগে হায়না খল্লবসু।

য়াউশেনবা—মদো ঐনা মঙোন্দা পিখি হায়বসিবু ঐবু

হায়খিদ্রবরা? মখা করি-মুক?

ঈডিপস্—মদো কদাইদগীনো? নংগী নয়ুমদগীরা

নত্রগা অতোপ্পদগীরা?

য়াউশেনবা—ঐগী নত্তে অতোপ্পা নিপাগীনি।

ঈডিপস্—করম্বা নিপাগী? করম্বা ইমুংগী?

য়াউশেনবা—ঈশ্বর পুম্ববু য়েংদুনা, ঐবু লোইবা লৈমাবা;

ঐঙোন্দা মখা অমুক হংবীরনুবা।

ঈডিপস্—খুম্মো! ঐবু অমুক হায়হনবা তারবা

নং অঙাং ওল্লে।

য়াউশেনবা—অঙাং অদো……লাইএসকী ইমুং-মনুংনি।

ঈডিপস্—মনাইরা? নত্রগা মশামক্না পোকপরা?

য়াউশেনবা—ঐবু হায়দোকপা তারবরা?

ঈডিপস্—নং শোয়দনা হায়দোক্কদবনি। অদুগা

ঐনা শোয়দনা তাগদবনি।

অরাংবা চৌংগী নাপীনা পাক্লা শনবা মকমদা,
কোয়না চৎপা ঐখোয়গী মশেকনায়বা লাইরেম্মগী
মচামক ওইবা, লোকসিয়া ( Loxia ) গী মচা
ওইরিগদ্রা ? সাইলেনগী মবুঙেঙোদা
সুঙঙায়জবা ফংলিগদ্রা ? হেলিকোন ( Halicon )
চৌংথক্তা কোয়না চৎপা মাগী নুংশিবী হেলোয়গী
মথুক্তগী দায়ওনিসস্‌ ( Dionysus ) না
থুৎফংননা লৌরকপা ওইরিগদ্রা ?

ইডিপস্‌—অহনশা। ঐখোয়না হায়নবা য়াউশেনবা অদো
লাক্রমাল্লে হায়না থক্লে। ইমিৎশিমরুদি মাবু
অমুক্তা উজখিদ্রি, অদুবু মহাক অসে ওইরমাল্লে
হায়না থক্লে। মহাক অসি ঐখোয়গী কোরিন্থ
লৈবক্কী মরুপসিগা চহি লেঙ্গা
অমতা ওইনা তৌই ; অদুগা মাগা লাকমিন্নরিবশিং
অসে মাবু লৌরুচো হায়না থাখিবা
ঐখোয়গী মী ঙাকনি—মহাক শোয়দনা
ওইগনি। অদুবু নখোয়না মাবু থংলবদি অশেংবা
অমত্তং হায়বীয়ুদনা।

কোরস্‌—মানি, নিপা অদুনি। ঐ মাবু খংই।
লাইএসকী য়াউশেনবা অদুনি। মাগী মথোদা,
অতৈ অকবা মী অমগুম্না, থোয়জংবা মী অদুনি।

( খোংলোয়শিংগা লোয়ননা অহল ওইরবা য়াউশেনবা অমা চংলকপা )

ইডিপস্‌—হৌজিক্তি পুকচেল চাওরবা কোরিন্থিয়ান, নংগী
জবান হায়্না—নংনা হায়বা মী অদুবু অসিরা ?

পাউপুবা—মানি, নিপা 'সিনি।

ইডিপস্‌—চংবীরকউ, য়াউশেনবা অহল, ঐঙোন্দা

য়েংবীয়ু অদুগা ঐগী য়াহংগী পাউখুম পিবিয়ু।
অদোম্মু লাইএসকী মথাদা থবক তৌবীরমব্রা ?

য়াউশেনবা—অহয় ঐহাক তৌজরম্মী ইবুঙেঙা।
পোকচবনি, চাওজবনি, অরৈবমক্তি নচ্চদে।

ঈডিপস্—করি শিনফম পাইবীরম্বগে ?

য়াউশেনবা—ঐগী পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক্তি য়াউ শেঙ্গে
ইবুঙেঙা।

ঈডিপস্—করম্বা লৈবাক্কী করম্বা মফমদনা থরা খিৎ
নম্বা থবক তৌবীরম্বগে ?

য়াউশেনবা—সাইথেরেন ওইরম্বা য়াই হায়না খঞ্জে ; নত্রগম্মু
মতুগী ঙকয়াদা ওইরম্বা য়াই।

ঈডিপস্—নিপা'সি মমাংঙৈদা উখি লাকখিবা লৈব্রা
হায়দুনা নীংশিংবীব্রা ?

য়াউশেনবা—করম্বা মীনোনে ইবুঙেঙা ? মাবু ঐনা মফম
কৈদা উরমগদগে ?

ঈডিপস্—নিপা অসিবুনে। মাবু করিগুম্বা মফমদা
উম্নখিবা লৈব্রা ?

য়াউশেনবা—ঐ উম্নখি হায়দুনা হায়বা ঙমত্রে, কাওরেবো
ইবুঙেঙা।

পাউপুবা—ঐ থোয়না ঙকচদে। মাবু অমুক্তং
নীংশিংহনগে। সাইথেরেন্দা মা-ঐ য়ুমলোম্নদুনা
লৈমিন্নখিবা মুমিৎশিংদো মহাক কাওবা য়ারোয়।
মহাক্কীনা য়াউরুপ অনি অদুগা ঐগীনা অমা ;
য়েন্নিং থাদগীনা নাকেন থা কাওবা, ঋতু অহুম
লৈমিন্নখিবদো ; অদুগা নিংথমথা য়োরকপা
মতমদা ঐনা কোরিস্থ তান্না ঐগী য়াউরুপ

মপুরোয়বা ওইরবনি হায়বসি খংলে, বিচারস্তু
তোরে—মসিনি নংগী তেংথারোল।
লাইএসকী মচা, খল্লি ফরমগনি নংবু
সুকউ উরমদবনা, ওরাংনা ওইরম্মী নংসে ঐগী
অয়ুক্কী অঙানবা, ওইরে হৌজিক্কা অহিংগী
খৈনায়দ্রবা অমম্বা।

(কোন্নুংলোমদগী খোংলোম অমা চংলকপা)

খোংলোয়—থেবস কোবা লৈবাক অসিগী, খ্বাইদগী
ইকায়খুম্নকম ওইবা অঙম্বশিং করিগুম্বা অদোম্না
লব্দাকস শাগৈগী অশেংবা মচা ওইরবা, শাগৈ
অসিদা শ্রদ্ধা লৈরবা, অদু ওইনবদি অদোম্না
উবিগদৌরিবা, তাবিগদৌরিবা অসিগীদমক্তা তেংথাবিরো।
ইমুং অসিগী মমুংদা লৈরিবা নমথীবা মনম,
ময়াম্না থুনা খংবিরগদবা, অনিংবা অমা
য়াওনা পাংথোকপ্রবা, তুজুংবদগী থোয়না হেন্না
তুজুংলবা থৌ-দৌ অসে, ইস্টরগী ঈশিং পুম্বনা,
কাসিস্কী ঈশিং পুম্বনা চামদুনস্তু কোক্লরোয়।

কোরস্—ঐখোয়না খংলবা, ঐখোয়না উরবা কয়াগীদমক
ঐখোয় কয়া অমা কপ্লবনি। নংগী য়ারী
অসিনা করিবু হেন্না অমুক হাপকৎকদৌরিবনো?

খোংলোয়—অহানবদা ইশম শম্না মহারাণী লৈখিদ্রে।

কোরস্—মরায়বক থিবা পুন্সি! মহাক করম্না লৈখিদবগে?

খোংলোয়—মশামক্কী মথুৎনা পাংথোকচপ্রে। ফত্তবা
খোদোক অসি অদোমদি উবস্তু উহৌদে, উস্তু
উররোইদবনিনা করি খোয়না য়ারমলোয়,

অদুগা দৃশ্য অদু উহৌবা ঐদি কাওবা ভম্লোয়,
মাগী অরোয়বা পুংজাদা রাজখিবা,
ঐনা কাওডমদবশিংদো ভমদুনতা লৈখিগনী।
লাংতক্লবনা ফুনগৎলদুনা মানা লৈমায়দা কোয়চৎ
চৎলি। মকোক্কী মশমদা মাগী খুৎশা ময়াম অদু
লৌশিল্লদুনা মাগী তুম্ফম কাদা খুৎলৈ থুনা
চংখি। কাপ থোং, মখোল থোক্লা কয়া
য়ৈশিল্লবা তুংদা, মপামকপু হাৎপ্রবা, মানা পোকচবা
মচা, লাইবক্লা তাইওয়খিবনা মচামক্লা লায়দুনা
পোকপা মচাশিংবু নীংশিংদুনা মতম কুইনা
থুপপ্রবা লাইএসপু লাক্লা লাক্লা কৌরকই। মপুরোয়বমক্লা
পোকপা মপুরোয়বা, মচামক্লা পোকপা মচাশিং
অনিথোক্লা চয়য়রবা রাখলশিং অসিগী মরমদা,
তেংথা নাওইরকই—। অসি মখৈতনি ঐখোয়না তাহৌবদি
মানা শিখিবা অদুবুদি ঐখোয়গী মাংদা
তৌখিদে। রাণীগী অরা পোলোয়নবা থৌদোক
অদু উদ্রিডৈগী মমাংদা নিংথৌনা য়াম্না কয়া
লাওরকলম্মী. অদুগা মিৎয়েং খুদিংমক য়েংনরম্মী।
ঐখোয়গী ইরক্তা চাওকান চাওকান কান্দুনা
হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী,
'থাংশাং' 'থাংশাং' মানা লাওরক্লম্মী।
'ঐগী তালোয় কৈদনো, ঐবু মরুওইনা
হল্লুরবা মচুদগী ঐনা চাথোক কয়া লৌপ্রবা
লৌফম্বু ঐগী মুপী নত্রবা।' অম্সুম্না মানা
চোয়রোল পারোলগুম লাও-থোংনিডৈগী মতমদা
ঐখোয়না মরক থৎতুনা রা অমত্তা ডাংবা ভমখিদে

য়াউশেনবা— অঙাং অদো ( মামক্কী ) মচানি হায়খি।

অশেংবা অডুদি নংগী রাণীনা হায়বা ওমগনি।

ঈডিপস্—মান! ( রাণীনা ) মদো নঙোন্দা পিবরা?

য়াউশেনবা—মানি ইবুঙেঙা।

ঈডিপস্—করিগীদমক্তনো?

য়াউশেনবা—মাংহনখিনবা।

ঈডিপস্—মশামক্না পোকপা মচাবো?

য়াউশেনবা—মানি ইবুঙেঙা।

মখোয়না হায়নখিবদি, করিগুম্বা ওমথিরবা লাইবাও

অমননি অসুম্না।

ঈডিপস্— করম্বা লাইবাওনো?

য়াউশেনবা—অঙাং অডুনা মপা হাৎকনি হায়বা।

ঈডিপস্—অডুবু নংনা মী অসিদা করিগীদমক্তা পিখিবা,

হায়দোকপিরো ঈশ্বরগী মিংথৈ পন্দুনা।

য়াউশেনবা—অঙাংডুবু মাংহন্নবা ঐগী থম্মোয় পাল্লমদ্রেনে

ইবুঙেঙা। মহাক্না অতোপ্পা লৈবাক্তা মাগী

ময়ুমদা অঙাংডুবু পুজখিনি হায়না ঐনা থঞ্জখি।

মানা পুখ্রে, অডুগা মথরাই অডু কনখ্রে—অসিদা

অমুক হল্লক্‌লা! করিগুম্বা মীশক অডুনা অদোম

ওইবীরবদি। করিগুম্বা পুন্নমকসিনা চুম্লবদি, অদোমগী

পুন্সিদি মাংলেদো।

ঈডিপস্—ওহ্মোকপনি। পুন্নমক ফোঙলবা, পুন্নমক

থংলবা, লোৎনিঙঙায় অমুক লৈত্রবা। পোকপদসু পাপ

লংজরবা, লুহোংবসু পাপ লংজরবা, ঈ তাহনবদসু পাপ

লংজরবা। হে অঙানবা। নংবু

ঐনা শেংনা অমুক উজবা ঙম্লরোইদকো। ( থোকখিবা )

( পাউপুবা অমমুং মাউশেনবমু থোকখিবা )

কোরস্‌—শিবা নাইবা মীওইবগী মীরোল অপুম্বা
করিস্থ নত্তবদা শাগৎলম্বা ! মী অমগী মুঙঙায়বা হায়বসিবু
তুম্না মুৎপনা পোলোয়নগদবা মায়া নত্তনা অতৈ
করিস্থ নত্তে হায়দুনা ঐঙোন্দা উৎপীয়ু। শিবা নাইবা
জীব খুদিংমক মুঙঙায়বা কোবা লৈতে মদুগী খুদম
ঈডিপস্ — মদুগী মরমস্থ অসিনি ।
শোয়ন'ইদ্রবা লাইগী ওইবা নিয়ম অমগা
লোয়ননা মাবু তুহৎকনি হায়না হোংনরম্বা, উচেক
অদুবু তাম্থোকখ্রবদা মনা পুম্বা ফংখ্রবনি মানা।
হে জিএস। হেলোই অদুবু মানা ইরাকনহনখ্রবদা
মানা ঐখোয়গী অরা-অনা পুম্বগী মাইয়োক্তা
লেপ্পা নাখল ওইবা চেকপন্নি। ঐখোয়গী
ইকাযথুন্নফম ওইরবা ইনিংথৌ. লেমচনিঙঙায় ওইরবা
মাগী মীংলেন্দা, ঐখোয় থেবস পুম্বা চাওথোকচবনি।
অদুগা হৌজিক্তা অরা অনাগী থম্মোয়
কায়রবা বারী অমমুক, 'সিদগী হেনবা লৈরমখিগদ্রা ?
অরা অনাগী অচেৎপা খুৎপায়দা 'সিদগী হেন্না
শাথিবা চৈনাখোল মফম কৈদা লৈরিগদগে ?
হে ঈডিপস্। চাওবনিদা নংগী থম্মোয়দো।
থম্মোয় অদুমক্তনা মপাবুস্থ মচাবুস্থ
অমত্তা ওইনা কোল্লবদা মাবু শাবা লৈখোম্না
অশাওবগী মীচৈখোল থোকচবা ঙমখিদবা নত্রা ?
মতমনদি পুম্নমক অসি উরি ; নংনা
পামজদ্রবা তাঞ্জা ; মানা নংবু চিংথোরকলে।
শাজিম্নবা মুহোংবনি, মচামক্তা

অদুগা লাই-ফত্তবা অমগী থৌইনশিনগুম মানা রাণীগী কারোমদা কন্না চেনশিনখি। কনাগুম্বা মতিকময়াই লৈরবা মী অমগী য়াথং ভাক্কে হায়বগী ওংদানি, মানা পোরোস লোল্লিবা থোং তন্না চেনশিনখিবা, লোল্লিবা পোরোস অদু নমথেক্কুনা থোংবাগা লোয়ননা ইমুংদা তুশিনখি। অদুদগীদি করি উরে, মিৎমাংদা মুপী অমবু লুন্না য়ানবা থৌরিদুনা ফেরে ফেরে হায়দুনা লৈবদু, ঐখোয় ভুরে। নিংথৌ অদুসু মসি উরম্মী। থম্মোয় কায়বা নাহেখোলগা লেয়ননা কিরিবা থৌরী অদু লোথোকলে, মাবু তপ্পা লোথরগা লৈমায়থক্তা থাংথরে। অদুবু 'সিদগী হেন্না শাথিবা অমসু ঐখোয় উবা তারম্মী। রাণীগী ফীজোল ফারিবা কাঁটা অদু নিংথৌনা লোথোক্লগা, মপাম্বোম অনি অদু শাংনা তিংথোকলগা মমিৎ অনি অদুদা থংথিন থিংজিনলম্মী। অসুন্না মমিৎশিং অদুনা মাগী ইকায়বা, মাগী মরাল অদু অমুক উবা ফংলরোয়। মখোয়না অমুক উত্রিবশিংদো মখোয়না অমুক উররোয়। মানদি উজনিংবা, উবমক্তি উত্রিবশিংদো অমুক হন্না উররোয়, হৌজিক্কুগী মানা উগদৌরিবদি মুপ্পগী অমম্বতনি। 'সিগুম্বা অঙাওবা শৈরেং অসিগা তান চানবা নোংখোং ফুইবা নোংজুদা চাওনা তাবা নোংলিকুম ঈগী পিনা ঈচেল কন্না মাগী মকোয়দু চোৎনা তাত্রি কাওবা, মাগী মমিৎ অনিদু মানা হন্না হন্না খিনদংচরম্মী। মতৌ অসুন্না অনিমক পাপ চেন্নে, অদুগা অমত্তসু

মত্তুনা মতৈ মনাও অনিমক্কী কোকথক্তা পুম্না তোংলবা
মণিঙগী পোৎলুম তারে। মতম অমদা মখোয়না
মতম শাংনা নুঙঙায়জরম্বশিং অদো পরিংচুম্না তাঙ্গবা
নুঙঙাইবনি। অদুবু ঙসিদি খুদোং থিবা, অশিবা, অমাংবা
মিৎকী পী, ইকায়বা, মমিংপনবা য়াবা ফত্তবশিংদো
পুম্না মফমসিদা লেপলরে।

**কোরস্**—অদুগা মহাক—হৌজিক্কা
কমদৌরিবা? হৌজিকফাওবসু মহাক অরা চৈথেং
অদুম ফংলিব্রা?

**খোংলোয়**—লোল্লিবা থোং অদু হাংদোক্লবা মানা
কোয়লাও লাউরকই। তিন-শিৎনরবা অমাংবা
রাহৈশিং অসিগীদমক্তা ঙাকপিয়ু; মমা অমসুং
মপা হাৎপা মহাক্তো থেবস পুম্বনা উরে।
মসিমক্তা, পাপ চেন্নে হায়না হায়রবা মযুং অদু
থাদোরবগীদমক্তা মরৈবাক রাংমা লান্না চেন্নকপনি,
অদুবু লাইবক চাওবসে, মশাঙ্গন লৈখিদ্রে,
লমজিংবীনবসু কনা লৈখিদ্রে। চৈনাখোল অমুক
খাংবা ঙমজখিদ্রে। ময়াম পুম্নমকসু উবিরগনি
থোংজাও অসি হাংদোরক্লে। অওইবনী,
ভুক্কচনিংঙাই ওইববু নুংশিনীংঙাই ওইহল্লবা
তমথিরব দৃশ্য অদো ময়াম্না শোয়দনা
উবিরগনি…… ………।

( মমিৎ তাঙলবা ইডিপস্ চংলকই )

**কোরস্**—ওস্থোকপনিন্ খাংবা ঙম্বা পংথৈ
পুম্নমক্কী রাংমগী অকিবনি! ঐনা উখিবশিংগী
মনুংদা থাইদগী রেন্না তমথিবা ফিজম

শোয়বনি! ওঃ মুংশিহৈংতবা অব্বাবা। করম্বা
হিংচা য়াইতম্ববা লাইবক্লা নংবু অস্নক থুনা
লৈখা তাহল্লিবনোকো? ওঃ তমথিনা ওৎপিরবা
কোক। ঐ য়েংবা ঙমদে, ইমিৎশিং অসে
ঐহাক খুমজিনজরী। ঐনা খ্বাইদগী য়েংজনিংবদো,
য়েংবা ঙমজদ্রে। ঐনা খ্বাইদগী তাজনিংলম্বদো,
ঐনা খ্বাইদগী কিবা ওইদ্রে।

ঈডিপস্—হে অব্বাবা। ঐবু কৈদনো। মুংশিৎতা
তাওরিবসিবু ঐগী খোঞ্জেল্লনে। ঐডোন্দা
লাক্লিবসিবু করম্বা লাইবক্লো?

কোরস্—তাইবংগী নাকোংদা ঙাংফদ্রবনি, মীৎনা
উৎঙমদ্রবা অকিবনি।

ঈডিপস্—হে অম্বা! মুংথল হায়বা লৈত্রবা;
থাংঙমদ্রবা, চেনফদ্রবা অহিং। মুংশিৎনা হুমদোকপা
ঙমদ্রবা লৈচল ওম্মোকপনি, তোংশাদস্ন
অমম্বতবু নিংশিংবা অদুগা থম্মোয়দস্ন ওৎপা, অতৎপা
লৈতনা চক্-চক হন্দুনতা লৈবা চৈনাখোল।

কোরস্—মতুমক ওইফমথোকপনি অস্নম্বা চৈনাখোল
অসিদি অনিথোক্লা পুফম থোকই, হকচাংদা
অমুক, থম্মোয়দা অমুক।

ঈডিপস্—ঐগী ইনাক্তা হৌজিকস্ন লেপ্তুনা লৈরিবসিবু
ঐগী চান্নরবা, অদুগা মতম পুম্নদা থাজফম
ওইবা মরুপ অদুরা? নংগী নখুৎ অসিনা মিৎতাংবা
ঐগী লমজিংনি। হৌজিক ফাওবা নংবু
ইনাক্তা লেপলিবরা? নংগী মাইথোং অদু!
উদ্রবস্ন তারিবা খোনফম অসিবু নংগীরা?

কোরস্—মিৎশিংদো—নংনা তৌকরিবা অসিবু করিদগীনো ?
অসুম্বা পোলোয় অসিদা নংবু
করম্বা তমথিরবা শক্তি অমনা
ফোয়দুনা পুরক্লবনোকো।

ঈডিপস্—এপোলোননি, মরুপ, এপোলোননি ; ইকোকথক্তা
থম্লরিবা অৱাবসে, ইধূৎমক্লদি নত্তেকো, ইশামক্লনি।
অকোয়বদা লৈরিব'সিনা শককম কায়না থীরবদা
মিৎশিং অসি-না ঐঙোন্দা করি কাম্নগদৌরিবনো ?

কোরস্—ঐ য়াদবা তৌজদে।

ঈডিপস্—ঐনা য়েংজনবগীদমক্তা, ফজবা হায়বদো
লৈরিবরা—অমতা ওইরবস্তু। য়েংবদা পেনবা,
ভাবদা ফজবা হায়বদুবু কৈদনো ? চৎপ্রো।
ঐবু লৈবাক অসিদগী থুনা পুথোকপিরো।
ঐদি মাংজরবনি, ঈশ্বর ফাওবনা তুক্লচরবা, লৈথা ভারথা
মী হায়বদো ঐঙোন্দগী হেন্না অমফাওবা লৈত্রে।

কোরস্—হকচাংদসু, থম্মোয়দসু, অনিথোক্না নোয়হৎলবা,
পাওখোং অসি ফোংননবা নহাক
লৈরমদবনা ফরম্বনি।

ঈডিপস্—পুল্লম্বা ইখোং অদু থাদোক্লুনা করিসু কাম্নদবদা,
শিবগী মহুৎতা থরাই পিরম্বা—
ঐগী কাম্নবা তৌবিথিবা নহাক মাংলো,
তুম্মো। ঐ অমসুং ঐগীনী হায়বা পুম্নমক্কী
ওইনদি শিবা হায়বসিনা বর ওইরমগদবনি।

কোরস্- অদুমকপু অসুম্বা থৌদো অসিদি রাখল
থরা থেনগ্রমাল্লে থঙ্গে। মিৎ তাংদুনা হৌংবনুদি
শিরম্বনা য়াম্না হেন্না ফরমগনি।

ঈডিপস্—পাংথোকপা য়াবশিংগী মসুংদা মসিনা খ্বাইদগী কবা
নত্তে হায়বসে ঐদি থাজবা ওমজরোয়। ঐণোন্দা
অতোপ্পা পারা অমমুক তম্বীরমু। উনবগী মপাঙ্গল
লৈবা মিৎশিং অসিগা লোঃননা মোংফমগী বাংমদা
ইপাবু ঐনা করম্না উন্নবা ওমগ:দৌরিবনো; নত্রগা
মাগী মফমদা তমথিরবা পাপ অমা লংজরুবা ইমাবুস
ঐনা করম্না উন্নবা ওমগদোারবনে ? ঐনা লংজরুরিবা
পাপশিং অসে থরায় থাদোকলে হায়রগা তরায়
তরায়না কোকপা হেক্তা য়ারোয়দৌরি। লায়তুনা
পোক্লকপা ইচাশিং অসিবু য়েংজবা, হৌজিকফাওবা
ঐহাক পামজখিগদ্রা ? ফজরবা দৃশ্যশিং অসিবু
উজনবা ঐনা ইমিৎশিং অসিবু হৌজিকস্ত পামজখিগদ্রা ?
মফম অসিদা লৈবা মূর্তিশিংগী মসুংদা,
খ্বাইদগী শেংলবা থেবসকী মূর্তিবু খ্বাইদগী তোল্লবা,
মথরায়খৈনা মুণ্ডায়ত্রবা ঐনা য়ে'গ্ররোয় হায়তুনা
নাথৈরুরবনি। ঈশ্বরনা মরাল লৈরে হায়তুনা
লাউথোকপ্রবা, লাইএসকী মচা অতুবু ঐনা
হন্দোকখ্রো হায়তুনা মীপুম খুদিংদা য়াথং পিগ্রবনি।
অতুবু মরাল লৈবা মীশক অতু
অতৈ কনা নত্তে, ঐমকনি হায়বা অসে ইশামক্তা
হৌজিক্তি দাগ থাজরে। অতুগবু মীয়ামগী
অথাবা মিৎয়েংশিং মাইয়োক্লনবা ঐনা ইমিৎশিং
অসিবু পামলুখিগদ্রা—? নত্তে, পামদে।
তাবা ফাওবা পামজদ্রে। করিগুম্বা ঐনা ঈচেল
অতুবু পাথৈ অমনা থিংবা তারবদি ইকায়বনা
কূন তারবা ঐগী হকচাং অসি অকাও চরৈনরবা

মফমদা ফাজিন্দূনা থমত্রিবমথৈ ঐহাক
পোথাকম থংলরোয়। মরমদি, চৈনাখোল বাংমদা
থম্মোয়না লৈবা হায়বসে, থাউেঙশংবা
শান্তিনি।
সাইথেরেন! য়োকচবি মপী! ন'না ঐবু
চংজকম পিখিবদি অসিগীদমক্তরা?
ঐ অসি করম হায়না ফংলকপনো হায়বসে
পৃথিবী অসিদা ভম্লনবা
কনবিরকপগী মহুত্তা থুদক অদুদা ঐবু শিজহনবিবা য়াত্রা?
ঐগী ইরৈবাকনি অমসুং ইপা-ইমানি হায়না মথংশিৎনা
থঞ্জরুবা কোরিন্থ অমসুং পোলিবস! লৈশাং ভমত্রিবা,
নখোয়না য়োকচবা নৌরিবা নচা মুপাগী থোং নৌরবা
শকতম অসিদগী অপুম-অশাগী নমথিরবা মনম
হায়দোরকলিবসে, থন্দুনা য়েংলত্রা? হৌজিক্তি ফত্তবা
পুন্নমক অমসুং ফত্তনা পোকলকপগী ফত্তবা পুন্নমক
ফোংলেদো। জঙ্গলগী থরা তোংতক তৌবা মফম,
ইংনা চিক্লা লৈহৌবা লমলোং ময়াদা—মরুওইনা
ইপাগী হায়বদি, ইশামক্কী ঈনা ঈশিং চায়রম্লবা
—লমল্যোং অহুম ফাংবা মফমদা তাদুনা
লৈহৌবা শিরবা হকচাংশিং তাদুনা, মখোয়না
উত্থিবশিং অড নীংশিংলমগত্রা, অদুগা থেবস
তানবা লম্বী অদোমদা ঐনা লাকখিবা অদো করি
তৌগে হায়দুনা লাকখিবনো হায়বদো মখোয়
নীংশিংল্মগত্রা? লৌনবা য়াদব মশেল পাদোংনবগী
পাপ! ঐগী মীরোনফম গর্ভমক্তদা, ঐমল্লা
মীরোনহল্লবা! মপা, মনাও অমসুং মচামুপা;

চম্নুনিঙেঙোল, তাঙ্গোয় অমসুং মমা ; হিংচা
য়াইতমগী ওইবা লুহোংবা মওং অমদা পুন্নমক,
চমন্নহনবমথৈ, তোৎশিন্নরবা। মীওইবগী ফত্তবা
থুদিংমক ওক্তবা থো-দৌ অমনা তোৎশিন্নরবা !
হায়ঙমদ্রবা থৌদৌশিং—মখোয়গী
মরমদা ঐ অমুক পঙ্গররোইকো চিন্‌সিদা।
ঐবু খুৎলৈ থুনা লোৎশিনবীরো, তাইবং মপুবু
সুংশিবীদুনা, ঐবু লোৎশিনবীরো য়াম্না থাপ্না।
ঐবু হাংতোকপিরো ! সমদ্রু ইরোম্নংদা ঈরাকনহনবীরো।
ঐবু পুবীরো।

( মাবকলিবা মথুৎশিংনা শোকনবা কোরস্ হন্নোক্ত্‌না লৈবা )

সুংশিবীয়ু কৈদোবগে, ঐবু শোকপিয়ু
ঐবু থাপ্না পুবিরে'নে। ঐবু শোকপিয়ুনে,
করিমতা কিবিগনুনে। দণ্ডিগী চৈনাখোল ফংগদৌরিবা
মীশক অদু ঐ ইথন্তনি, অতৈ য়াওদে।

কোরস্—ক্রেওন লাকলেসে। থবক্তস্, রা তান্নবগী
মতাংদসু মাগী মখা পোল্লগদবনি,
নংগী অপাম্বসু মানা থুংহনজরগনি। নংগী মহুত্তা
মানা ঐখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা চংজফমনি।

ঈডিপস্—এনা মঙোন্দা করি হায়বা ঙমগদৌরিবা।
করম্বা ঐগী রাহৈ রাত'না, মাগী মিৎমাংদা ঐসি,
চুম্মী হায়না লেপকদৌরিবনো ? লৌখৎপা য়াদবমথৈ
লাল্লবা ঐসিবু কনানো ?

( ক্রেওন চংলকপা )

ক্রেওন—ঈডিপস্, মংনা লৈখাতারকপা মতাং অসিদা

নংবু লংনগে হায়দুনা মফম অসিদা লাকপা নত্তে।
অদুগা মাংলমচৎতা নংনা তৌখিবা লমচৎ নাইদবা
থবকশিং অদুগীদমক্তা ঐহাক চৈগে হায়না
লাকপনি নত্তে। মরুপ! মীওইবনা পোকপা
অঙাংশিংগী দমক্তা নত্রবসু থক্তা লৈবা,
পুন্সিগী খুজি পায়বিরবা মুমিৎকোবা লাইগী
মফমদা থম্বা নংগী শ্রদ্ধা অদুদি কাওগনু।
মুমিৎকী মিৎয়েংদদি অমোৎপশিং অদুদি শুক্লে
লৈরাই; পৃথ্বী লৈমাই অসিনসু নত্রগা মুমিৎনসু
নত্রগা ঈশিংনসু মদুবু লৌবদি ভমলোই।
মাবু মনুংদা পুশিনগ্রো; শাগৈ নাতৈ ভাইশেল
নত্তনদি অদুম্বা চৈনাখোল অসে উবা ভমলোই
তাবসু ভমলোই, মসিনি মীমুংশি থঙবা হায়বসিনা
তৌফম থোকপদি।

ঈডিপস—ঐহাক পোৎ অমতংদি নিজগে, ঐগী
পুকচেল চাওরবা মরুপ, ঐগুম্নবা মীশক অমদা
পুকচেল অমুক চাওবিবদি, আশা তৌরুবগীদি
কা য়াম্না হেনমনগ্রেনা। ঈশ্বরবু মুংশিবিদুনা,
পোৎশক অমথকতংদি…… ……নংগী ফননবনি
ঐগীদি নৎতেকো…………

ক্রেওন—করি পোৎনোনে, অমুক নোঙ্গনা নিরিবসিবু?

ঈডিপস্—মীওইবগী মিৎয়েং রাংমদা, খুদক অসিমক্তদা
ঐবু লৈবাক অসিদগী লংশেকপিরোনে।

ক্রেওন—মদো থিন্দনমক শোয়দনা তৌগদৌরিবনি, অদুবু
ঈশ্বরগী য়াথং অমতংদি ঐহাক ভাইখিগে।

ঈডিপস্—'সিবু মাগী য়াম্না শেংলবা ময়াথং নত্রিবরা?

মপা হাৎপা পাপীদি শোয়দনা৷ অঙাং ওনফম
থোকই ; অদুগা মহাক্তো 'সিদা লেপ্তুনা লৈরে।

ক্রেওন—মদুমক তৌরমগদৌবনি। অদুবু হৌজিক
ওইরক্লিবা ফিভম অসিদদি পাউতাক থরা অমুক লৌবা
তঙাই ফরক্তরে।

ঈডিপস্—ঐগী মাংলবা পুন্সি অসিগীদমক্তা!
অসুক য়াম্না লৈখা তারবা মী অমগীদমক্তা
ঈশ্বরগী লমতিং নিগদৌরিবরা?

ক্রেওন—মঙোন্দা থাজবা থম্বগী কান্নবা মরম
অমতা নহাক উবা ঙমদ্রা?

ঈডিপস্—থম্মী। নংগী নপুকচেল চাউবা অদুদগী ঐনা
মসিমতংদি নিজগেনে। মথুংদা তাদুনা লৈরিবী
মুপী অসিগী অশিবা মশা অসিগী পোৎথোইবগী
থৌরম নংনা সুম ফনি থনবা মওংদা পাংথোকপিয়ু।
মহাকসে নংগী নচেনি; মাগীদমক্তা নংনা শোয়দনা
ফজনা তৌবিগনি হায়না থল্লি। ঐগীদমক্তদি,
ঐনা হিংদুনা লৈবা অসিনা পোক্লফম লমদম
ইপা লৈবাক অসিবু মথা অমুক তানা মাংথোক্লমুসি।
ঐত চৎচগ্রগে, চীং-মান্দা লৈজরুরগে অদুগা শিবস্ন
শিজরুরগে সাইথেরেন্দা।
ঐগী ইমিংগা শাগোম্নদুনতা লৈরগদবা চীং!
ঐগী মোংফম ওইননবা ঐবু পোকপা
ইমা-ইপানা থনবিগ্রবা সাইথেরেন কৌবা চীং!
মখোয়গী আশা অদো কায়হন্দনবা ঐহাক
শোয়দনা চৎকনি অদুগা থরায়স্ন থারগনি। অদুবু
অসিমতংদি ঐহাক থংতি ; চহিনা নক্রগা

লায়নানা নত্রগা ইচম চম্বা থৌদোক্না ঐগী
পুন্সি লোইশিনবদ মায়রোই, হেন্না শাথিবা
লাইবক অমগীদমক্তা ঐসে অশিবগী থায়াত্তগী
থুদক অত্তুমক্তদা মুন্নক্লবনি। মত্তু ওইত্রে, মায়ে। অত্তুগা
অঙাংশিংদি ......... ক্রেওন নিপাশিং অসিগীদি
নহাক কয়া থোইনা ঋরুম্বু; মখোয়না চৎপা
থুদিংদা মখোয় মশা কনবা ঙমজরগনি। অত্তুবু
মখোয়গী মপা য়াওত্রবদি চাক চখোম অমফাওবা
চাজদবা, পোৎ থুদংমক য়েন্নত্তুনা চাদিন্নবা
মরায়বক থিরবা মুপীমচাশিং, মখোয়তবুদি
য়েংশিনবিয়ুকো ক্রেওন।
ক্রেওন .......... ঐনা মখোয়বু অমুক্তং
শোকপা ঙমজরবদি অত্তুগা কপচরবদি .......
মুপ্পগী অমুক্তং ....... নংনা করিগুম্বা য়াবিরবদি,
থৌজাল হৈরবা, পুকচেল চাউরবা, মখোয়বু ঐনা
অমুক্তং শোকচরবদি ঐগী মিৎমাং অসিদা মখোয়বু
অমুকহন্না উজরে হায়না থঞ্জগনি ......
( টসমেনে, এন্টিগনিনচিংবা অঙাংশিং হায়া
পুন্সিল্লক্তুনা ঈডিপস্কী মাংদা লেপহল্লুনা থন্নমই। )
ঈডিপস্—করিনো! ঐনা তারিবসিবু ইচাশিংনা হিকপ্পববুরা?
ক্রেওন্না মীমুংশি থংবনা, মখোয়বু ঐগী নাক্তা
থারক্লবরা? ঐগী মুংশিরবী, নখোয়বু সিদা লৈত্রবে?
ক্রেওন—মখোয় ময়াম সিদা লৈরে। ঐনা মখোয়বু
মঙোন্দা পুরক্লিবনি। মখোয়বু নংনা কয়াম্না
মুংশিবগে হায়বদো ঐ থজিঙ—অত্তুগা ছজিকসু
নংনা মখোয়বু মুংশিরি হায়বসু ঐ থজিঙ।

ঈডিপস্—মসিগীদমক্তা. ক্রেওন নংবু ঈশ্বরনা থৌজানবীসম্নু,
অদুগা ঐঙোন্দগী হেন্না নংগী লম্বীনা ষৈথাই থিনগাইবা
হেন্নদুম লৈত্রসম্নু।

ইচাশা নখে'য়বু কদাইদনোনে ? লাও ইবুংগী
খুৎসে শোকউ লাও। মখোয়শিং অসিনা পেংলবা মিৎশিং
অসে, মতম অমদা নখোয়না নপানি হায়না লৌরুবা
মীশক অসিগী মিৎশিং অসে মমহল্লুরবনি। অদুবু মানা
নখোয়গী নপা ওইরিগ্ঙ মতমদদি মানা
তৌরুরিবা অসি করিনো হায়বদো খঙলুদে, উস্নু উরুদে।
মিৎশিং অসি নখোয়বুদি উবা ঙমদ্রে ; অদুবু নখোয়গা
লোয়ননা মখোয় কপ্লি। তুংদা লাক্কদবা নুমিৎশিংদা,
বাহৌগদবা নুমিৎশিং অদুগী মরমদা ঐ খল্লি। নখোয়না
তাইবংপান অসিগা মায়োক্নরবা মতমদা ; ময়াম্না হরাউ
নুংঙাইনরগদবা লাইগী ওইবা নুমিৎ, লৈবাক্তা কুম্মৈ-কিয়োং
থোক্কদবা নুমিৎশিংদা, ময়াম্না হরাউ তয়াম্না
শান্নগদবা মতাংদা নখোয়না হয়াউকম খঙদনা মুমদা
বানা হনখিগদবদো ঐ খঙিঙ।
অদুগা নখোয়না নয়ুম পানগে হায়না খন্নকপা মতাংদা;
মচামক্না পোকপা মচাশিংদা হায়বদি ঐগী
ইচাশিংদা শাগোম্নদুনা লৈরবা ক্ষত্ত মিংচৎশিং অদুবু
মায়োক্নবা ঙমগদবা মী থরা, শুপ্নগী মী অমতংবু
ওইরবস্নু চোংথোরক্কত্রা ? ঐথোয়দগী হেন্নদুম মিংদা
থিবা অতৈ অতোপ্পা অমগী মমিং লৈরমখিত্রা ?
মৈনিংকুমকমস্নু মাংথোকপা, মামক্কী শিঙস্নুংদা নাওপুহনবা,
মপামকপু হাৎপনা, মপা ওইবনি হায়দুনা নখোয়বু
মিংদা থিহল্লগনি। নখোয়না কৈদগী নপুরোইবা ফংগনি ?

ইচাশা নখোয়গীদি কনামতস্ত লৈররোইনে ; নখোয়গী
মতমদদি মহৈ য়ান্দ্রবা লৈশাবাগী মতম ওইদুনতা
অদুম মাংলগনি। মেনোসিয়সকী মচা, নংতদি
হুজিকস্ত মখোয়গী মরী মতা ওইরি। নংতদি মখোয়বু
পোকপনি ; মখোয়গী মপুন্সি পিথিবা ঐখোয় অসিদি
অমুক হন্না ওইদ্রে। ময়ুম মকৈ-লৈত অমসুং মপুরোয়বা
ফংদ লৈখা তারবা যন্নাউ মচাশিং অসে কোইচৎ চৎতুনা
মাংহনগনুকো। ঐনা উখিবা হুমিৎ অসিবুদি মখোয়দি উদবা
ওইসনুকো। অস্থপ নোরিবা, অস্থপ মরায়বক থিব্রবা
নঙদং মত্তনা অতৈদি পুম্মাং মাংলবনি, মখোয়
পুম্বসে নং য়েংশিনবিয়ুকো। য়েংবিগদ্রা নংনা .. ....
রাশকপা ওইনা নখুৎ অদো ঐঙোন্দা পিয়ু
মরুপ।

( ক্রেওন্না মাগী মখুৎ অদো পী )

অঙাংশা, নখোয়না অহল ওইররুগা থংলক্কদবা
কয়া অমসু লৈরি। হুজিক্তি নখোয় খঙবা ঙমখিরোই।
অদুবু মুংঙাইফম থোকপদগী হেন্নসু রাৎনা হেন্নসু
তাদনা লৈহনবিয়ু হায়না নখোয়গী লাইশোন
থুদিংদা নিজোকো। অদুগা নখোয়গী নপানা হিংখিবা
অদুদগীদি য়াম্না হেন্না মুংঙাইনা হিংঙুকো।

ক্রেওন—মসিনা ওক্লে। মনুংদা চংবিখিরোইদ্রা ?

ঈডিপস্—ঐহাক শোইদনা, অদুবু ঐগী অনিংবগী রাংমদা।

ক্রেওন— পোৎ থুদিংমক্কী পংথৈ অমমমদি লৈবনিকো।

ঈডিপস্—অদুদি নংগী রাশক অমদি ঐ ফংলেদনা।

ক্রেওন—করি রাশক্লিনা ?

ঈডিপস্—ঐবু থাপ্পা তাম্মোক্কনি হায়রবা।

ক্রেওন— ঈশ্বরনা লেপচগনি, ঐনা নত্তে।

ঈডিপস্— ঈশ্বর অমত্তনা ঐগীদমক্তা হায়বিরক্লোই।

ক্রেওন— অদু ওইরগনা নংগী অপাম্বনিদনা।

ঈডিপস্— অদুগা নংগী অয়া-য়াদদি?

ক্রেওন— ঐনা থওজবগী ৱাংমদা, ঐদি ৱা ঙাংলরোই।

ঈডিপস্—(পেলচনা অদুবু য়াদি য়ানিংদনা) ঐবু পুরো।

ক্রেওন— অদুদি চৎলো (ঈডিপস্ কোমুং তম্না চংশিল্লি, অমসু

অঙাংশিংবু কোনবা অদুদি ঙহাক্তা থাদোক্কে)

অঙাংশিং অদুদি থম্বিরক্লোদনা।

ঈডিপস্— য়াদে। ঐঙোনগী মখোয়বু লৌথোক্কনু।

ক্রেওন— য়াথং অমুক পিরগনু। হায়বা ইল্লু।

নংগী লৈঙাক লোইরে।

(ঈডিপস্ পুশিনবি)

কোরস্— থেবসকী নিপা মুপী পুম্বা, য়েংঙু মীওইবগী

মশুংদা থ্বাইদগী চাউবা ঈডিপস্ হায়বদো অসিনি।

থ্বাইদগী লুপ্তরবা মিত্রং ময়ামগী শো মহাক্লা পাম্বরম্বনি।

মানা ঙমখৈ লৈতনা চাউখৎপা উরগা, মাগী মরোই-মনাও

পুম্বনা কল্লক মিহৌনবনি। মহাক্কী মকোক

য়াংমা লান্না লায়বক থিবগী অচৌবা ঈথক ইপোম্না

হুল্লিবসে, য়েংঙু। শিবা নাইবা মীওইবনা মা-মাগী

পোলোই উজনবগী পারা তমজহৌরো। অদুগা মা-মাগী

মুংঙাইবদো মা-মাগী মোংফমদা, ইংনা, তপ্না

পুজবা ঙমত্রিবমখৈদি কনামতমু মুংঙাইবা হায়বদো

কৌবা য়াদেকো।

(থোকখিবা)

অনুবাদক-কী অহানবা পোথোক

১৯৬৯ ইং

# ঐগী সত্যগী চাংয়েং বারী

( মহাত্মা গান্ধীগী মপুংফা বারীগী মণিপুরী অনুবাদ )

লামায় — { মথা ২১
মপুঙ ৭৬১
৭৮২

মমল লুপা ১২: